# গঙ্গাগী মতম্বাক্তা



অইবী :
দাঃ যামিনী দেবী

*Gangagi Matambakta* – A Memoir by Dr. Ch. Jamini Devi & published by Raipraveena Brothers in 2005




অহানবা খুনম ঃ ২০০৫, সেপ্টেম্বর

কপী রাইট ঃ দাঃ চোংথাম যামিনী দেবী

অফোংবা ঃ রাই প্রবীনা ব্রদর্স,
শগোলবন্দ তেরা বাজার, ইম্ফাল

নম্ফম ঃ রিজার্দ অফসেট প্রিন্টিং
শগোলবন্দ থাঙ্গপাৎ মপাল, ইম্ফাল

মখুম ঃ কনসেপ্ট - অইবী
অয়েকপা - নন্দ আর্টস, ক্বাকৈথেল

কপী মশিং ঃ ৬০০

মমল ঃ লুপা ৭৫/-

# শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবা



৺দাঃ পুখ্রম্বম রাইকুমার সিংহ
(৩০/১১/১৯৩২ – ২/২/২০০৫)

ঐগী কায়রবা থম্মোয়সিনা
*লেংশিনজবা নীংশিং ৱারীসিনা*
কচ্চরি শ্রদ্ধাঞ্জলি নফমদা।

যামিনী দেবী

# ব্রাহৈ খরদং মাংওইননা

ঐহাক লমকোইবা পামজৈ। মালেমগী মফম কয়াদা য়ৌনিংই। লম লমগী মীশিংগা উন্নদুনা, ব্রারী শান্নদুনা মখোয়গী কলচরগী মরমদা খঙনিংই। মহৌশা লাইরেম্বীগী খুদোল : চীং, তুরেল, পাৎ, হৈপাল লৈপাল, শা উচেক ব্রায়াগা নকশিন্ননিংই। মদুগী খুদোংচাবা খরদি ফংখি। মদুদা হকথেংননা উরকপা, থেংনরকপদু পাউদমনিংদুনা লমকোই ব্রারী খর ইজখি। লমকোই ব্রারী ইবদা মানা ইবদুগী মতৌ তম্মু মদু মালহল্লু তাকপিবসু য়াওই। ঐগীদি লাইবিক লাইশু পারগা ফজনবা ইগে হায়না ইজবা নত্তে। লৈশি-লৈথোন য়াওদনা, মহাও মনমসু হাপতনা হেক্তো পাউদমজবনি।

ঐনা চহী ব্রাইশিল্লক্লবা পুন্সিগী নুমিদাংব্রাইরম ওইরক্লবা মতমসিদা ইপুরোইবগা লোয়নননা ভারতকী তীর্থ মফম খরদা য়ৌরুনবগী তাঞ্জা অমা ফংখি। মদুদা থেংনরকপা খরগা পুক্নিংগী কাচিন্দা লোৎতুনা লৈবা নীংশিং থৌদোক খরগা লোয়নননা "গঙ্গাগী মতম্বাক্তো" মিংথোন্দুনা লাইরিক অসি ইজবনি। ইপুরোইবা ঐখোয়নী বানপ্রস্থ আশ্রম মতাং য়ৌরক্লবদা তীর্থ কোয়বা লাইখুরম্বা চৎসি লেপ্পদুনা খৃ: কুম ২০০৩ দা ঋষিকেশ, হরিদ্বার, বৃন্দাবননচিংবা মফম খরদা য়ৌরুই।

শাস্ত্রনা হায়রি — ঈশ্বরদি অমত্তনি ; মাগী শকলোন কয়ানি। মাগী মিংলেন য়াম্বনি। মীশিংনা মানা মানা পামজবা শকলোনদা, মিংলেনদা ঈশ্বরবু পূজা তৌনবনি। লাইখুরুম্বগীদমক অথাপ্পদা চৎপা করি দবকাব লৈবগে ? নশা নশাদা ঈশ্বর লৈবনি। নশাবু খঙনবা হোৎনৌ। অদুনা অচুম্বা লাইনিংনি।

মণিপুবগী মপান্দা লৈরিবা গঙ্গা, যমুনা, ত্রিবেনী, ঋষিকেশ, হরিদ্বার, বৃন্দাবনতনা তীর্থ নত্তে। ইরমদম মণিপুরদসু অশেচবা লাইফমলেন কয়া লৈরিবনি। কংলা, কৌব্রু, নোংমাইজিং, লোকতাক মরু লাইফমলেননি। ইম্ফাল তুরেল, নম্বুল তুরেল, ইরিল তুরেল অশেংবা তীর্থ ঙাকনি। অদুবু অথাপ্পদা লৈবা তীর্থ চৎপসিদি লমকোইবা মখল অমনি। তীর্থ চৎপদা ঈশ্বরগী মফমদা শ্রদ্ধা ভক্তি হেনগৎহনবগা লোয়নননা লমকোইবগী কান্নবসু ফংই। থায়নদগী হৌনা অখণ্ড অহৈ লাই গুরুনচিংবনা থাজনরক্লিবা ব্রাফম অমদি তীর্থ চৎপা, লাইখুরুম্বা,

পুজাপাঠ তৌবা হায়বসি নুংশি চান্নবা পোকহনবা, অৱাবা খাঙবা তম্বা, মহৌশাগী ফজবগা হকথেংনবগী খুদোংচাবা ফংবনি। অদুননি থায়নগী মুনি ঋষিশিংনা সহরগী নিলখোঙবা মফমদগী থাপ্লা লৈবা মফম: অৱাংবা চীংগী শুরুংদা, তুরেল মপান্দা, অশুকপা উমংদা ধ্যান জপ তৌনরমলিবসি। মুনি ঋষিশিংনা ধ্যান, তপস্যা তৌনবগীদমক শেমগৎলম্বা মফম, আশ্রমনচিংবদু তীর্থ মফম ওইহৌই।

ইবানীগী তীর্থ খোঙচৎতুদা লাইখুরুম্বগা লোয়ননা হিমালয় চীংজাও, গঙ্গা তুরেল, ভারতকী সংস্কৃতিগী পরম্পবা ঙাকলিবা আশ্রমনচিংবা খর দর্শন ফংজরকখি। গঙ্গাদা স্নান তৌবা ফংজরকখি। ঙসিদি ইপুরোইবসু অশিবনা মুন্দুনা পুবিখ্রে। ঐখোয়গী তীর্থ খোঙচৎতুগী নীংশিংবা খরদু ইথোকতুনা লৈখিদ্রবা মাগী আত্মাদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচনিংদুনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি।

**অইবী**

# য়াওরিবশিং

# (১)

হরিদ্বারগী ব্রহ্মকুণ্ডদনি। গঙ্গা তুরেলগী তোর্ব্বান্দনি। মী লিশিং কয়ানা খৌরাংনা ঙাইনরি গঙ্গাদা আরতি কৎনবগী। নুংথিলগী পুং ১ তাবদগীনি মীয়াম্না থোমজিল্লক্লিবা। কয়া অমনা ব্রহ্মকুণ্ডদা স্নান তৌনরি। মখোয়দু মফম কয়াদগী লাক্লরিবনি হরিদ্বারদা। হরকি পৌরীগী ব্রহ্মকুণ্ডদা গঙ্গাগী ঈচেলদা ইরুপ্তুনা স্নান তৌজরবদি পাপ পুম্বা কোকই থাজনরি। মী কয়ানা ঈশিং খুজোক্লা তর্পণ কৎনরি লৈখিদ্রবা আত্মা কযাগী শান্তিগীদমক। মদুদা ঐখোয়সু য়াওশিল্লে। ইপা-ইপুগী আত্মাদা ঈশিং খুজোক্লা তর্পণ কৎচরে। মন্ত্র অসি চিন্দগী থোরকখি।

ও আ: ব্রহ্মা ভুবনাল্লোকা
দেবর্ষি পিতৃ মান্নব।
তৃপ্যন্তু পিতরো: সর্ব্বে
মাতৃ মাতা মহোদয়:।
অতীত কুল কোটি নাং
সপ্তদ্বীপ নিবাসিনাম্।
ময়া দত্তেন তোয়েন
তৃপ্যন্তু ভুবন এয়ম।

মন্ত্রগী অর্থ ওজা কালচান্দ শাস্ত্রীনা তাকপিরমই – ব্রহ্মলোকতগী হৌনা, লোক পূম্নমক্তা লৈরিবা দেবর্ষি পিতৃলোক পূম্নমক ইপা-ইপু পোকপা, ইপা পোকপা, ইমা পোকপা, পূকচেল চাউবা পূম্নমক পেনবীয়ু। হৌখ্রবা শাগৈ কোটি দ্বীপ তরেৎতা লৈবা জীব পূম্নমকসু ঐনা কৎচরিবা ঈশিং খুজোক অসিমতংনা পূম্নমক পেনবীয়ু।

মন্ত্রসি থিরদুনা লাইজ খুজোক্না ইপা ইপুদা গঙ্গাদা তর্পন কচ্চবদা পুক্নিংদা অপেনবা পোকচৈ।

ঐখোয়না হরিদ্বারগী ব্রহ্মকুণ্ডদা স্নান তৌবা ফংজবা নুমিৎতু খৃ: ২০০৩ গী মার্চকী তাং ৩০ নি। মণিপুরদদি বারুণী নুমিৎনি। অহল-নহা, পাখং-লৈশাবীশিং কয়ানা চিঙ্গোই তুরেলদা ইরুজরগা নোংমাইজিং চীং কাদুনা শিব মহাদেব খুরুম্বা চৎনবা নুমিৎনি। ময়াম্না নোংমাইজিং চীংগী খলোং শুরুংদা হৈকৎ-লৈকৎ তম্নরমগনি নীংশিংই।

ঐদি গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা মানা শুহ্মৎয়াই থাবিদুনা মাগী ঈচেলগী শৈশক্না শুমদুনা থম্বীরে। মানা ঐবু ভারতকী মফম কয়াদা কোইপু পুবীদুনা লিরবা ইতিহাস, সংস্কৃতি পরম্পারাবু নীংশিংহল্লে।

ঐনা মাগী মতম্বাক্তা শান্নজখিবা মীকুপশিংদু পুক্নিংগী কাচিন্দগী তপ্না-তপ্না মমায় থিনগৎলক্লে। ঙসিদগী চহী ৪০ রোমগী মমাংদনি খৃ: ১৯৬৩ দা ঐনা এলাহবাদ ইউনিভরসিগী মহৈরোই ওইরিঙৈদনি মাগী ঈচেলদা ত্রিবেনী সঙ্গমদা হি তোংদুনা শান্নজখিবদো। গঙ্গাগী ঈচেলগা ঐহাক্না নকশিন্নবগী তাঞ্জা অতৈসু লৈখ্রে।

খৃ ১৯৫৮দা ঐনা পাটনাদা ফিজিকেল এদুকেসন অমসুং স্পোর্টসকী ট্রেনিং চৎঙৈদা গঙ্গাগী হিদেন মহেন্দ্রু ঘাটতা কয়ারক ঈরোইরকখি।

মাগী ঈচেলদা ফেরি তোংদুনা লাল্লগা পাটনা য়ৌনা চৎখি ঐহাক, ব্রহ্মপুত্র থোঙ শাদ্রিঙৈ। মদু পূম্নমক ইনৌ নৌনা ঙরাংতা থোকখিবগুম মাংদা লোয়না চোংথোরক্লে, ঐনা হরিদ্বারদা গঙ্গাবু অমুক উজবদা।

খৃ: ১৯৮৪ দা নবদ্বীপধামদা গৌরাঙ্গ প্রভু ঘাটতা স্নান তৌবকখি। ঐহাক্না লোয়নরিবা রাসেশ্বরী পালাগী অহলশিংনা থৌদাবদগী মতেক খর ইরোইদুনা অরূবা গঙ্গাজল শোকলকখি, জলগায়ত্রী মন্ত্র থিরদুনা।

ঐনা লংফৈ চৎপা খুদিং তুরেলগা ন্নারী শান্নরকখি। নিযুয়োর্কতা হদসন তুরেলগা, খা ভারত্তা কাবেরী তুরেলগা, এলাহাবাদতা গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতীগা,

অরুনাচল প্রদেশতা শিয়াং শিওমগা সুবনশ্রীগা। ঋষিকেশতা লৈরিঙৈসু গঙ্গাগা নকশিন্নজবগী খুদোংচাবা ফংজখি। মখোয়না লোৎতুনা থল্লিবা অরোনবা ৱারী কয়াসু ঐঙোন্দা খর লিবিরকখি।

তুরেলবু কুপথনা য়েংশিল্লবদি, মাগা নক্লা চৎমিন্নরবদি মানা লোৎতুনা থমলিবা সনা পুকৈদু উবা ফংগনি হায়নরি। মহৌশা লাইরেম্বীনা পীবিবা গঙ্গাগী ঙক্লা ফজবা, তোপ তোপ্পা দৃশ্যদু হরিদ্বারগী হরকি পৌরীদা, এলাহাবাদগী ত্রিবেনী সঙ্গমদা ঐনা খরদং উজবা ফংলকখি।

ঐখোয়গী গাইদ ওইবীরিবা শ্রী জি এন ত্রিবেদিজী (Gunvantray N. Trivedi) না হায় – "হৌজিক্তগী চৎত্রবদি গঙ্গা মাতাগী আরতি দর্শনগীদমক তোর্ব্বান্দা ফমফম ফংবগী ৱা লৈতে"।

মতমদু নুংথিলগী পুং ১ দং তারি। আরতিগী মতমদি সন্ধ্যাগী পুং ৬ তনি। অদুগীদমক 'গঙ্গা কিনারেদগী' রিকসা তোংদুনা হরকি পৌরী য়ৌরে।



*হরকি পৌরিদা ত্রিবেদিজীগা লোয়ননা ঐখোয় অনী*

'গঙ্গা কিনারে' হায়বসি হরিদ্বারদা ঐখোয়না থুংলুবা নিরঞ্জনি অখড়া রোদতা লৈরিবা হোটেল অদুনি। গঙ্গাগী তোর্ব্বান নপ্না শাবনি হোটেলদু। মশাগী গঙ্গা ঘাট লৈজবা হোটেলদি ঐখোয়গীসিদনি হায়দুনা মেনেজরদুনা য়াম্না চাউথোকচৈ। হরকি পৌরীগা গঙ্গা কিনারে হোটেল লৈরিদুগা পংলাপ লাপ্লবা নত্তে ।

ঐখোয়না য়ৌবদা মী ফনয়াম্না তিল্লমলে। উরুম লাংবা মফম য়েংদুনা ঐখোয় তোর্ব্বানগী মচি অমদা ফমদুনা আরতি কৎপগী মতম ঙাইদুনা লৈ। তোর্ব্বান্দুদা মীয়াম্না তৌবিবদু উবদা কুম্মৈগুম থোকলমই। ঘাটতা স্নান তৌরিবা, তোর্ব্বান্দা হোকরশিংনা পোৎ য়োল্লিবা, মাইকৈ কয়াদগী থোমজিল্লকলিবা মীয়াম, গঙ্গাগী ঈরৈ কল্লবা ঈচেল, চীংথক্তা লৈরিবা মন্দির ময়ামদু য়েংবদা পুং ১দগী ৬ তাখিবা খঙহৌদে।

কুণ্ডগী মনাক্তা তোর্ব্বানগী মফম কয়াদা মীয়াম্না ইরুজনরি । ব্রহ্মকুণ্ডদা গঙ্গাগী ঈচেলবু ফম্বাক্তুগী খায়দোকতুনা শেল্লিবা নাকয়েৎতা য়োৎলি য়াম্থ য়াম্থদুনা থল্লি। য়োৎলিদু পাইরগা ইরৈ কল্লবা ঈচেলদুদা লুপ্নরি কয়া অমনা। অহল ওইরবা নুপাসু, নুপীসু, নহাসু য়াওই।

গঙ্গাদা আরতি কৎপগী মতম খৌরাংনা ঙাইনরিবা ভক্ত যাত্রিকশিংনা হরকি পৌরীদা মখল মখাগী দৃশ্যনি উরিবা। নোক্লিংবা মতাং অমসু থেংনৈ। ঈশিং কিজবা মচানুপা নোই নোই লাওবদু মখুৎ শমদুনা মপানা তুরেলদা পুথবিবে। মচানুপাদুনা অমুক তোর্ব্বান্দা চেনখৎলি ; মপানা মাবু ফারগা মকোকতু ঈশিংদা লুপশিলহল্লি। মমাদুনা পাখৎচৈ। মচাগী হোংদোক্লবা অকংবা ফি পাইদুনা তোর্ব্বানদা ঙাইজৈ।

গঙ্গাস্নান লোইরবদা মীশিংদুনা গঙ্গাজল শোক্তুনা পুনবা থৌবাং তৌনৈ। থায়নদি গঙ্গাজল হাপ্লবগী পাত্রসি কোরী চফু নত্রগা পিথ্রাইগী ওইনা শীজিন্নবম্বনি। হৌজিকতি প্লাষ্টিক্কী পাত্রনা শিল্লে। য়াংসু য়াংবা, পুবদসু নুংঙাইবা, বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজিনা অধ্যাত্মিক্কী লমদা শীজিন্নবা পুথোরকপা অনৌবা খুদোলনি। তোর্ব্বান্দুদা হোকরশিংনা মদু হাদুনা য়োল্লি। অপিকপা অচৌবা য়েংদুনা মানা মানা পামজবা মতুংইন্না মীশিংনা লৈনরি।

মীশিংনা গঙ্গাগী লূরবা ঈশিংবু শোক্তুনা য়ুমদা পুনরিবগী মরমদি গঙ্গাজলদা য়াওরিবা অঙকপা মগুন অদুননি। মীশিংনা গঙ্গাজলবু লাইগী পুজালাংজাদা শীজিন্নরি। মতমশাংনা থন্নবসু গঙ্গাজলদি তিলকাং, মহিক চেন্দে।

খঙজিনবদা নুংঙাইবা ব্রাফম অমদি গঙ্গাগী ঈশিংদি মহিক (জার্ম) শিহনবা ঙমই হায়না সাইনটিষ্টশিংনা পুথোকখিবা অসিনি। কানাডাগী MCgill Universityগী Dr. F.C.Hurrison না অসুম্না হায় –

"A peculiar fact which has never been satisfactorily explained is the quick death in three or five hours, of the cholera vibro in the waters of Ganga. When one remembers sewage by numerous corpses of natives, often cholera, casualties and by bathing of thousands of natives, it seem remarkable that the belief of the Hindus that the water of this river is pure and cannot be defiled and that they can safely drink it and bathe , should be confirmed by means of bacteriological research.

ফ্রেঞ্চকী দাক্তর D. Herelle নসু গঙ্গাগী অঙকপা মগুন, শক্তিগী মতাংদা থিজিন্দুনা পুথোকখি। কোলেরা, দাইসেনত্রিনা নাদুনা শিবা মী কযা গঙ্গাদা লংথবা উবদা মহাক্কা অঙকপা পোকখি অদুগা অসুম্না ফোংদোকলকই – "That only a few feet below the bodies where one would expect to find millions of these dysentry and Cholera germs, there were no germs.

বৃটিশ ফিজিসিয়ান Dr. C.E. Nelson FRCS না হায়বা অমসু লৈ "গঙ্গাগী মোংহল্লবা মফম হুগলি তুরেলদগী ঈশিং শোক্লগা জহাজদা পুবদা ইংলণ্ড য়ৌরফাওবা ঈশিংদু অদুমক অফবা ওইদুনা লৈ" অসিনি গঙ্গাজলগী অঙকপা মগুন।

হিন্দুশিংগী ওইনদি গঙ্গাসি লাইরেম্বীনি, ইমানি হায়না পুজা তৌনরিবনি। চুম্নগী তুরেল অমনি হায়না লৌনবা নত্তে। অশেঙবা তীর্থনি। মাগী মতিক মগুণনা ভারতবাসিগী থম্মোইবু শুদ্ধৎপিরি। মুনি ঋষি কযাদা থৌনা হাপ্পীবি। মীনুংশি, চান্নবা, থৌজালবু পীনবীবা ইমানি গঙ্গাদি; তুরেলশিংনা মনুংদা অথোইবা তীর্থনি। গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা ঈচেলশিংগী মনুংদা গঙ্গা অসি কৃষ্ণঐমক্তি হায়খিবনি। ভগবান কৃষ্ণগী শ্রীমুখমক্কা অসুম্না তাকপিরমই –

**পবন পবতা মস্মি রাম শস্ত্র ভৃতামহম্**

**ঋষানাং মকরশ্চাস্মি স্রোতসামস্মি জাহ্নবী**

*(গীতা ১০ – ৩১)*

দেবী ভাগবতনা অসুম্না হায়রি – "মাইল চা কয়া লাপ্পদগী গঙ্গাবু শোঞ্জবা মহাক অদো পাপ পুন্বা কোক্কুনা শ্রীহরিগী নাক্তা য়ৌজে।"

মহাকাব্য ওইরবা মহাভারততা গঙ্গাবু পৃথীবীদা লৈবা খ্বাইদগী শেঙলবা পাপ কোকহনবীবা তুরেলনি হায়না শৈথারি। গঙ্গাগী মতিক মগুণগী মতাংদা মহাভারততা শন্দোক্লা তাকলি - গঙ্গাদি হিমালয়গী মমোমনি, পুন্য চেনবীনি। পৃথীবীগী লৈতেং ওইরিবী গঙ্গানা মরোল অহুম – স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল ফাওদুনা চেল্লিবনি। অদুনা মাবু ত্রিপাটাগা কৌই।

গঙ্গাগী মতিক মগুণসি অসুক্কী মতিক চাউখ্রে। মাবু দর্শন তৌবা, স্নান তৌজবদা মী অদুগী হৌখ্রবা পুরোন তরেৎ, লাক্কদৌরিবা পুরোন তরেৎ অদুগা লোয়ননা মচামশুশিং পুম্নমক নরকতগী উদ্ধার তৌই হায়রি। মতমকুইনা তপস্যা, ব্রহ্মচার্য্য, যজ্ঞনচিংবা অফবা থবক তৌবগী মহয় অদু গঙ্গাস্নান অমুক্তং তৌজবদা ফংবা ঙমই। শিরবা মী অদুগী হকচাংগী শরূ মচেৎ অমতং নত্রগা উৎ থাদবসিদা মহাক্লা তৌরম্বা পাপ পুম্নমক্তদগী কোক্কুনা স্বর্গদা লৈবা ফংই। যুগ লিশিং অমা তপস্যা তৌববুদি গঙ্গাগী মপান্দা থা অমতং বাস তৌদুনা লৈবনা হেন্না মহয় ফংই। অবাম খৌরাংলবা মতমদা অঙাংনা মমাগী নাক্তা চেনশিল্লকপগুম মাগী নাক্তা চঙজল্লবশিংদা গঙ্গানা মঙ্গল আর্শিবাদ পীনবি। মাগী মাগী মপোকপু, মানা তমজরুবা বেদ শাস্ত্রবু হেন্না মহৈ য়ালহনগে খনবশিংনা গঙ্গাদা তর্পন কৎচদুনা প্রেত লোকতা লৈখ্রবশিংবু পেলহনগদবনি হাযরি। সাধু মহাত্মা ওইবশিং, জগৎনা সন্মান তৌনরবশিং, ঈন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা অশিংবশিংনা গঙ্গাজীদা চংজদুনা অমাঙ অতা লৈত্রবা পদবী ফংনখি। গঙ্গাদেবীবু অরাধনা তৌজবদি শিদ্ধ পুরুষ ওইদুনা মীংচৎ ফংবা ঙমই। গঙ্গাদেবীগী পূন্য চেল্লবা ঝারী অসিবু ভক্তিগা লোয়ননা তাজবা মী অদুদি অৱা অনা কয়াদগী নাঙ্গোক্কুনা পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি ... অসিনচিংবা গঙ্গাগী মতিক মগুণশিং অসি মহাভারত্তগী খঙবা ঙমই।

পণ্ডিত জৱাহবলাল নেহরুনা মাগী Will and Testament তা যাম্না নীংথিজবা শ্রদ্ধাঞ্জলি গঙ্গাদা কৎলি। মানা শিবগা সংস্কারগী উৎ খুবাম অমতং এলাহাবাদতা পুরগা গঙ্গাদা থাদবিয়ু হায়বমই। মদু মাগীদি ধর্ম্মগী পুজা লাংজাগী

ৱা নত্তে। মাগী ৱাহৈদা –

"I have been attached to Ganga and Jamuna rivers in Allahabad ever since my childhood and, as I have grown older, this attachment has also grown. I have watched their varying moods as the seasons changed, and have often thought of the history and myth and tradition and song and story that have become attached to them through the long ages and become part of the flowing waters. The Ganga, especially, is the river of India, beloved of her people, round which are intertwined her racial memories, her hopes and fears, her songs of triumph, her victories and her defeats, she has been a symbol of India's age-long culture and civilization, ever changing, ever-flowing and ever the same Ganga. She reminds me of the snow covered peak and the deep valleys of the Himalayas, which I have loved so much, and of the rich and the vast plains below, where my life and work have been cast, smiling and dancing in the morning sunlight, and dark and gloomy and full of mystery as the evening shadows fall : a narrow, slow and graceful stream in winter and a vast roaring thing during moonson, broad bosomed almost as the sea, and with something of the sea's power to destroy, the Ganga has been to me a symbol and a memory of the past of India, running into the present, and flowing on to great ocean of the future.

অযুক্কী কোবৌ মঙালদা
মোমোন নোক্লা জগোইশাবা,
নুমিদাংৱাইগী মতমদা,
মালেমনা অমম্বগী ফিজং হাইথরক্লবদা
নুংশুক নুংজানবা শকলোন লৌবা;
নিংথমথাগী মতমদা
চীংলেম্লবা ঈচেল মচা ওইবা;
নোংজুনা ঈপাল লাংলবদা
পাঙ্গল্লবা সমুদ্রগী শক্তম লৌদুনা

ঈরাওখোলগা লোয়ননা চেল্লিবা গঙ্গাসি
ভারতকী ঙরাং, ঙসি অমসুং
মপাল নাইদ্রবা ঈপাকুম্বা হয়েংগী
নীংশীং খুদমনি।

অসুম্না পণ্ডিত নেহরুনা গঙ্গাগী মরমদা ফোঙদোক্লমলিবসি ভারতবাসি কয়াগীসু মখোয়গী পুক্নিংগী ৱাখল্লোনমক্নি।

গঙ্গাগী মতিক মগুণদি ভারতদা নত্তে ৱাংনা থাঙ্গৎনরিবা। সমুদ্র ৱাংমা লান্না চৎখিদুনা মীবৈবাক্তসু গঙ্গা চেল্লি। ইতিহাসকী অঙনবা মতমদা খা ভারতকীগী সমুদ্রগী ললোনবা কাংবু খরনা হিন্দু ধর্ম্ম পুখিদুনা খা-নোংপোক এসিয়াগী লৈহাও চেল্লবা কম্বোদিয়া য়ৌখিরমই। মফমদুদা রাম, সিতা, হনুমান, গরুড় অযোধ্যা (মখোযনদি আয়ুথিয়া কৌই) — অমত্তা চিখ্দনা লৈরি। কাম্বোদিয়াদা লৈরিবা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা হিন্দুগী লাইশং এঙ্কোর ভাট (Angkor Vat) হিন্দুগী "ওঁকার নাথ" নি।

হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোলগা লোয়ননা গঙ্গাসু মখোয়না কম্বোদিয়াদা চেলহনখি। হিন্দুগী 'মা গঙ্গা' না কম্বোদিয়া য়ৌবা মতমদা "মে কং" ওইখি। কম্বোদিয়াগী খ্বাইদগী চাউবা তুরেল 'মি কোং' হায়রিবসি মা গঙ্গাদগী থৈথরকপনি।

## গঙ্গানা হৌরকপগী ৱারীদি —

থায়ন লাইহাক্তক্কী ওইবা গঙ্গানা হৌরকপগী ৱারীদি ঋষি বাল্মিকীনা ইদুনা থম্বীরমই। ইক্ষ্বাকু শাগৈগী নিংথৌরেল সাগরনা অয়োধ্যাদা পাল্লিঙৈনি। নিংথৌসিনা লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রগী খুভম মুনগে খন্দুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ চামরক পাঙথোকখি। চামরকশুবা যজ্ঞ অদু পাঙথোকপদা যজ্ঞগী শগোলদু ইন্দ্রনা হুবানখ্রগা কপিল মুনিগী আশ্রমদা লোৎশিন্দুনা থমলমখি। সাগর নিংথৌগী মচানুপা লিশিং হুমফুদুনা শগোলদুগী খোঙ্গুল লীবকপদা কপিল মুনিগী আশ্রমদা থেংনবমই। মখোয়না খল্লিবদি শগোলদু কপিল মুনিনা হুরাল্লবনি। মখোয়না মুনিগী ধ্যান থুগাইরুবে। শাওহল্লবা মুনিনা শাপ তৌবদগী মখোয় লোইনমক উৎ ওনখ্রে। সাগব নিংথৌনা হায়জবদা মুনিবু য়াহনবা ঙমখিদ্রে। নিংথৌগী মশুশিংনসু মথং মথং হায়জখি মবুথৌশিংবু হিঙ্গৎহনবিনবা অদুদসু মুনিনা য়াখিদ্রে।

তুংদা সাগরগী মশুনিপা অনসুমলনা হায়জবদা মুনিনা যজ্ঞগী শগোলদি পীবিরে অদুবু শিখ্রবা নিংথৌমচাশিংদুদি হিংগৎহনবিয়ু য়াখিদ্রে। অনসুমলগী মশু শুথাং কয়ানা মথং মথং ব্রহ্মাদা চংজখি। মাগী কমণ্ডলুদগী গঙ্গাবু চেন্থহনবিদুনা উৎ ওনখিবা নিংথৌ মচাশিংবু হিংগৎহনবিয়ু হায়জখি।

মতুংদা শাগে অসিগী নিংথৌ ভগীরথনা মবুথৌশিংগী আত্মাশিংবু অরান খুভম ফংহন্নবা অকনবা তপস্যা তৌজখি। বিষ্ণুদা হায়জখি। বিষ্ণুনা অমুক শিব মহাদেবদা হায়জৌ তাকপিরকখি। বিষ্ণুনা তাকপিবা মতুংইন্না হায়জবদা ভগীরথনা শিব মহাদেবদা য়াবিদুনা গঙ্গানা স্বর্গদগী চেন্থরকপদু জটানা ওকপীখি। ভগীরথনা মোইবুং খোঙগৎলকই। অদুদগী গঙ্গাগী মতুংইন্দুনা লাকই। লম্বীদা জানু মুনিনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্বনা অপনবা থোকখি। ভগীরথনা মুনিদা হায়জদুনা গঙ্গানা অমুক জাহ্নবী গঙ্গা হায়না মিংথোন্দুনা চেন্থরকখি সমুদ্র তম্না। গঙ্গানা সমুদ্র য়ৌরবদা সাগর নিংথৌগী মচানুপা ৬০,০০০গী উৎ অদু চামথোকপিরবদা মখোয়দু অরান খুভম ফংখি।

গঙ্গানা পৃথ্বীদা কুমথরকপা নুমিৎ অদু গঙ্গা দশহরানি হায়না পদ্ম পুরান অমসুং অগ্নিপুরানদা হায়রি। পুরান অনীসিগী মতুংইন্না হিন্দুশিংগীদি গঙ্গাগী তোর্বান্দা অশিবা পোৎলোইবা, পোৎলোইবগী উৎ গঙ্গাদা থাদবা হায়বসি লাইবক ফবনি, মুক্তি ফংই লৌনরি। মণিপুরগী হিন্দু বৈষ্ণবশিংনা মসিদা থাজবদগী অশিবা মীগী অষ্ঠি নত্রগা উৎ অদু নবদ্বীপতা, বৃন্দাবনদা পুরগা গঙ্গাদা থাদনৈ।

হৌরকফমদগী সমুদ্র য়ৌবা গঙ্গাগী খোঙচৎকী ৱারীদি ভারতকী সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী ৱারীনি। সম্রাজ্য কয়ানা হৌগৎলকলিবা অমসুং থুপচিনখিবগী লেমজনিংঙাই ওইরবা সহর কয়া শেমগৎলকখিবগী, অকন অথৌ কয়াগী লাল শোক্লখিবগী, খুদোংথিবা কয়াগী, ইনাকখুনবা কয়াগী, কখোকপা ঙন্বা মীশিংগী পুন্সিদা থেংনবা মায় পাকপা, মায়থিবা, মরাইবক লেপ্পগী ৱারীনি গঙ্গানা লীবিবা।

হিমালয়গী ফুট ১২,৭৭০ ৱাংবা মফমদা লৈবা গঙ্গোত্রি হায়বা উনপাক অদুগী মখোঙদগী মাইল ১৪ চৎলগা লৈবা গোমুখতগী হৌরকপনি গঙ্গাসি। গোমুখতগী চেন্থরকপা ঈচেলদু ভগীরথী গঙ্গা হায়না খঙনৈ। ভগীরথী গঙ্গাগা হিমালয়দগী চেন্থরক্লগা অলকানন্দ তুরেলগা তিন্নদুনা অমুক চেন্থরকই। বিষ্ণুগঙ্গা অমদি মন্দাকিনি তুরেলগী ঈচেলনা অদুদা অমুক তিন্লে। ঈচেল অদুনা শিবালিক চিংশাং ফাওদুনা চেল্লক্লগা ঋষিকেশ য়ৌরকই। ঋষিকেশতগী কিলোমিটর ১৩ চেল্লকলগা হবিদ্বার য়ৌরকপনি।

হরিদ্বারগী হরকি পৌবীদনি ব্রহ্মকুণ্ড লৈরিবসি। থায়নগী লাইগী ৱারীদদি গঙ্গানা স্বর্গদগী মর্ত্যাদা চেন্থরকপদা ওক্কদবগী মফমসিদা বিষ্ণুনা ঙাইদুনা লৈখি। মহাক্লা পুরকপা অমৃত চফুদু মফমদুদা থম্বদা মরীক অমা কুণ্ডদুদা তাখি হায়নৈ।

মফমদু অশেঙবা তীর্থ মফম ওইহৌরে। ভারত সাহী নিংথৌনা স্বর্গদগী কুমথরকপা য়ানবা মনাওনিপা বিক্রামাদিত্যনা শিড়ী শেম্বা মফমদুনি হরকি পৌরী (লাই লৈবাক্কী) সিড়ী হায়না খঙনবসি।

হরকি পৌরীদি মমাংঙৈ লাই হাক্তক্তগী হৌনা য়াম্না শেঙলবা তীর্থ মফম অমা ওইদুনা লাকখি। লাই হিংচাবানা নাকপাক তান্নদুনা অমৃত চফু মুন্নবদা অমৃতগী মরীক অমা মফমসিদা তাখি হায়। অমৃত চফুগী ব্রারী অদুবু নীংশিংদুনা চহী ১২ খুদিংগী হরকি পৌরীদা কুম্ভমেলা তৌরিবনি। সাইনটিফিক ওইবা মওংদা হায়রগদি কুম্ভমেলা পাংথোকপসি বৃহস্থপতি গ্রহ, জুপীটর গ্রহনা রবি নুমিৎকা তিন্নবা মতাংদনি। কুম্ভরাসি (এক্বাবিস) দগী লৌবনি কুম্ভসি। চহী ১২ লৈরগা হেক হেক পাঙথোকলিবা অসিনা মহাকুম্ভ হায়না খঙনৈ। মহাকুম্ভগী মরক্তা পুর্নকুম্ভ অমসুং অর্ধ কুম্ভ মেলাসু হরিদ্বারগী হবকি পৌরীদা পাংথোকই। কুম্ভমেলাদা য়াওননবা হিমালয় চীংগী শুরুংদা চহী কয়া ধ্যান তৌদুনা লৈরক্লবা মুনি ঋষি, সন্ন্যাসীশিং হরিদ্বারদা লাকই। অধ্যাত্মিক লম্বী পামজবশিংদা মখোয়না জ্ঞান, লৌশিং তাকপিবমই। মহাত্মাশিং অদুবু দর্শন ফংজবা, আধ্যাত্মিক্কী পাউতাক ফংজবা মীশিংদুগী বুদ্ধি, লৌশিং চাওখৎপা ওই। মখোযবু যোগ, মোক্ষগী অশুকপা সংসারদা চেংশিনাবরমই। মা থাজবা ই কহ



*হরকি পৌরিদা স্নান তৌরিবা মীয়াম*

মফমদগী অমসুং মপাল লমদগী হরিদ্বারগী কুম্ভ মেলাদা য়াওবা লাক্লে। কুম্ভ মেলাগী মতমদুদা হরিদ্বারগী ব্রহ্মকুণ্ডদা স্নান তৌবা, ধ্যান, জপ তৌবা ফংজরবদি পাপ কোকই, পুক্নিংদা শান্তি ফংই থাজনৈ।

কুম্ভমেলাসি এলাহাবাদকী ত্রিবেনী সঙ্গমদা, নাসিকতা গোদাবরী তুরেল তোর্ব্বান্দা অমসুং উজ্জয়নগী শিপ্রা তুরেল তোর্ব্বান্দসু মতম অমত্তদা পাঙথোকই। মফমশিং অসিসু অমৃত তাখিবা অশেঙবা তীর্থনি হায়না ভক্ত যাত্রিকশিংনা মেলাদা শরুক য়াবা মশিং য়াম্না লাক্লে।



চীংথক্তা লৈবা মনসা দেবীগী মন্দির

হৌজিক্কী মতমসিদা হবকি পৌরাদা ভাবতকী ইনাক খুল্লবা ভক্ত ওইবব সেঠ বিরলা, সেঠ সুরজমলনা শিঙী চন্দনা কৎলে। তোর্ব্বান ৱাংমদা চীংথক্তা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, গঙ্গা, চন্দি দেবী, অঞ্জলি দেবী, মনসা দেবীগী মন্দিরশিং লৈ। মফমদু যৌদনা লাই খুরুমজনিংবনি। খোঙনা চীংদোল য়ৌনা শিড়ীদা কাদ্রবসু ঘৌবী-লম্বীদা ট্রোলিনা মফমশিংদু য়ৌনবা থৌরাং লৈ। অদু ওইদুনসু অহল ওইববা ঐখোযগী তীর্থ খোঙচৎ অদুদা মদু ওইথোকপা য়াখিদে।

গঙ্গাস্নান তৌবদা হকাইবা লৈনদে। নূপী অহল ওইরবী খরদি খ্বাংদা পেটিকোট অমা শেৎলগা অদুম ইরুজে। মৈতৈ নুপীগীদি থবাক্তা ফনেক চিংখৎতুনা শেৎলগা ইরুপ্পা, ইরুজবদা থোয়না ফজদবা শক্তম লৈতে হায়না ঐনা খঞ্জে।

নুপীগী ইরুজফম ঘাটতুদা তোঙান্না লৈ। মদুদা নুপী পুম্নমক ইরুজবগী খুদোংচাবা লৈতে। মফমদুদদি নুপা নুপীগী খেন্নবা মাংখি। নুংগী ওইবা অশেঙবা ব্রাখলনা পানগী শক্তম্বু মাইথিবা পীখি।

মীয়াম্মা তৌরিবদু অমুক য়েং, ঈচেলগী ফজবা অমুক য়েং ফন কুইনা ঐখোয় তোর্ব্বান্দুদা লৈরে। ঐগী পুক্লিংদা ফাওরকপা খরদু বেক্তগী চে কলম লৌথোক্তুনা অসুম্না ইশিল্লি।

হে ইমা গঙ্গে, হিমগীরি মমোমলোই
নীংথিজৈদকো নংগী মায়থোং থম্বালসে
য়েংবগী পেনবা নাইদেসে

ইমা নংদি শুমহৎয়াই চেনবীনি
পীনহৈবী, নুংশি চানবী হৈবীনি
অচান মিরাই নাইদবী, বিশ্ব জগৎকী মমানি।

নংগী ইথক ইপোম্না

জগোই শানা শানা, ইশৈ শক্লা শক্লা
চেম্থুরি শান্তিগী পাউজেল পুরদুনা।

নংগী সনা খুৎনা শোকলুবদা
লৈকংলাবু লৈকোল ওলহনবীরে
লৈকোলদা লৈরাং লৈশাৎ তমহম্বিরে

ইমা নংনা য়ৌরুবা মফমশিং
ওইনবীরে অশেঙবা তীর্থ মফমশিং
নপারী নমোমশিংবুসু ধর্ম্ম চেনবা ওইহনবীবে

ইমা নংগী মশাইগোনদনি ভারতকী সভ্যতা পোকখিবা
ইমা নংগী নতম্বাক্তনি মুনি ঋষিনা সমাধি ওইখিবা
মঙ্গলগী মশক ওইবী, খুরুমজরি নচানা হন্না হন্না।
জয় ওইবিয়ু হে ইমা গঙ্গে।

সন্ধ্যার্তিগী মতম য়ৌশিল্লকলে। মীনা তোর্ব্বান্দু চোল্লে। গঙ্গা মাতাগী সেবা কমিটিগী মেম্বরশিং মথৌ চিনখৎলকই। মখোয়না তিল্লিবা মীয়ামদগী, ভক্ত যাত্রিকশিংদগী পৈশা খোমজিল্লি। মী মনাক্তা চং-চংদুনা দান পাত্র পায়দুনা হায়

— "গঙ্গা মাতাগী সেবাগীনি অঙম অঙম্বা কৎলু। নচা নশুগী, ইমুং মনুংগী য়াইফ মঙ্গল শোয়দনা ফংগনি"।

ঙহাকতুদা মখোয়না পৈশা ফন য়াম্না খোমজিনখি।

পুং ৬ তাবদা মন্দিরদগী গঙ্গাদেবীগী মুর্ত্তি লেংথোরকই। মৈচাক ফরবা বর্ত্তিনা মুর্ত্তিগী মাংদা অমুক হাই, গঙ্গাগী ঈচেলদা অমুক হাইথরদুনা আরতি কৎলি। যাত্রিকশিংনসু দোনাদা হাপ্লা ঘীগী বর্ত্তি, লৈশুনা আরতি কৎচৈ অদুগা ঈচেলদা থাদখি। ময়াম পুন্না লাওই — জয় গঙ্গামাতাগী জয়। ময়াম পুন্না শকৎলকই আরতিগী ঈশৈ —

ওঁ জয় গঙ্গে মাতা, মৈয়া জয় গঙ্গে মাতা।
জো নব তুমকো ধ্যাতা-২ মনবাঞ্চিত ফল পাতা।।
চন্দ্রসি জ্যোতি তুমহারী, জল নির্মল আতা,
শরন পড়ে জো তেরী-২, সো নর তর জাতা।।ওঁ জয় ........
পুত্র সাগরকে তারে, সব জগকো জ্ঞাতা, মৈয়া-২
কৃপা দৃষ্টি তুমহারী-২ ত্রিভুবন সুখদাতা।।
এক হি বার জো তেরী, সরনাগতি আতা, মৈয়া-২
যমকী ত্রাস মিটাকর-২, পরমগতী পাতা।।
আরত্রী মাতা তুমহাবী, জোকোই নর গাতা
দাস বহী সহজমে, ভক্ত ৰহী সহজমে।
মুক্তিকো পাতা। ওঁ জয় গঙ্গে মাতা।

মীয়ামগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা বেকগ্রাউন্দগী মাইকতা শকৎলকপদুগসু তিনশিন্নখ্রে। খোঞ্জেল অদুনা সিবালিক চীংমায়দা য়ৈরুরগা খোম্থাংনা অমুক থক্তোকলক্তুনা মায়কৈ-শিন্না নিলহনখ্রে। তুরেলগী ঈচেলদনা ভক্ত যাত্রিকশিংনা কৎচবা দোনাগী বর্ত্তিশিংনা ইপোমদা নোমনা নোমনা তাওথখি। মশিং থীঙমদ্রবা বর্ত্তিগী পিকলবা মৈঙালশিংদুনা থৱানমিচাক্লুম ঈচেলদা তগুপ তরেংনা ঙাল্লিবদুনা যাত্রিক ঐখোয়বু শুমহৎপিদুনা মঙগী লৈবাক অমদা পুবিরে। খোইথুন্নরবা অধ্যাত্মিক্কী মহাওসু তংহনবিরে।



# (২)

ঐখোয়না ঋষিকেশ য়ৌবা নুমিৎতু মার্চ ২৫-২০০৩ নি। স্বামী পবিত্রানন্দজীনা ঐখোয়বু তরামনা ওকপিরমই। অহানবদা স্বামী পবিত্রানন্দবু শক তাকচনিংই। স্বামী পবিত্রানন্দজীগী হান্নগী মিংদি খুমুকচম অঙাংয়াইমা সিংহ কৌই। ককচিং খুনৌদগীনি। মহৈমশিংগী লমদা বিএ, বিটিনি। মতম খর ওজা ওইবমই। খৃ: ১৯৯১ ইংদা ভলুনটরী রিটায়রমেন্ট লৌরগা ককচিং খুনৌ কোলেজ লিংখৎলমই। ঐগী ইপুরোইবনা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী কোলেজ দিভ্লপমেন্ট কাউনসিলগী দাইরেক্তর ওইরিঙৈদা শ্রী অঙাংয়াইমনা তোয়না লাক্লুনা ব্রা তান্নরে, ককচিং খুনৌ কোলেজবু মপুংফাবা এফিলিয়েসন পিবগী মতাংদা। অনীনা তাথোক তাশিন তৌনদুনা কোলেজ অদুবু অরাংবা থাক্তা পুখৎলম্বনি। শ্রীসিংহনা ওজা ওইরিঙৈদগী হৌনা ঋষিকেশকী শিবানন্দ আশ্রমগা মরী থমদুনা অধ্যাত্মিক্কী জ্ঞান ফংবা হৌই। খৃ: ১৯৭০ দা গুরুদেব স্বামী কৃষ্ণানন্দজী মহাবাজদগী মন্ত্র দিক্ষা ফংই। শিবানন্দ আশ্রমগী যোগ বেদান্ত ফোরেষ্ট একাদেমীদগী ট্রেনীং ফংখি। অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চংশিনবগা লোয়ননা যোগ অমসুং শাজেল চাং নাইনা শান্নবা মীশকনি। 'খুৎলোইবা যোগগী শাজেল' কৌবা লাইরিক অমা অমসুং অতৈ লাইরিক খরসু ইদুনা মহাক্না ফোংখি। সমাজগী সেবাদসু মশক নাইবা থৌদাং য়ারমই। তুংদা মরূপ মপাং মরী মতা থাদোক্লমদুনা ঋষিকেশকী শিবানন্দ আশ্রমদা চৎখি। গুরুদেব স্বামী চিদানন্দজী মহারাজনা সন্ন্যাস দীক্ষা পীরগা স্বামী পবিত্রানন্দ সরস্বতী হায়বা সন্ন্যাস মিং অসি পীবিখিবনি।

গেরুৱা শেৎপা স্বামীজীনা, আশ্রমগী রিসেপসন অফিসতা মাঙজৌননা পাউ ফাওনখিবা মতুংইন্না ঐখোয়বু ওকপিরমই। মণিপুরী মচা অমনা শিবানন্দ আশ্রমগী স্বামী অমা ওইনা লৈরম্বদুদা ঐখোয়না পুক্নিংদা চাওথোকচৈ।

ঐখোয়বু উবা মক্তদা স্বামীনা — "ওজা লেংবিরক্কনি হায়বদুদা য়াম্না ফবা কা অমা হান্না লাংদুনা থমজরবিনি।"

ঐখোয় ঈশ্বর ভবন হায়না মিংথোনবা থোইদোক্না লু নানখ্রবা কা অমদা থম্বীরে। ঐখোয়না চয়োল অমা মফমদুদা লৈদুনা আশ্রমগী দর্শন ফংবা, অধ্যাত্মিক কর্ম্মশিং য়াওবদা স্বামীজীনা মতেং পাংবীরে।



ঐখোয়না ঋষিকেশ য়ৌনা চৎপা খোঙচৎতু ফন শাংবা লম্বীনি। মমাংঙৈদা খর নহা ওইরিঙৈদা মপাল লমদা সেমিনার, কনফরেন্স, ফেষ্টিভেল নচিংবা য়াওবা কয়াবক চৎখ্রে। মদুদদি হকচাংসি য়াম্না খিংলি। খোঙচৎশিংদুদা মকুপ মপাংশিংগা লোয়নবসু য়াওই। হন্দক্কী খোঙচৎসিদদি ঐখোয় অনীদনি। চহীনগা রাইশিল্লকপনে মঙম ইশান শানদে। থবক খুদিং তপ্না তপ্না পাংথোকপা তাবনা লম্বী চৎপদুসু পোথা পোথা অদুম পাংথোক্লবা তৌই। অদুনা ইম্ফালদগী গৌহাটী ফাওবনা এরোপ্লেননা চৎলে। গৌহাটীগী পলটন বাজারদা গীতাঞ্জলি হোটেলদা নুমিৎ নীনি পোথাবে। অদুদগী নোর্থ ইষ্ট এক্সপ্রেসনা দিল্লীগীদমক খোঙশাল্লি। মথং নুমিৎকী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা দিল্লী য়ৌরে। হান্নদগী পাউ ফাওনবনি। অদুনা অহিংদুদা বাবা খবগসিংহ মার্গতা লৈরিবা কৈশাম মনাওবী সিংহগী মচানুপীশিং সুজাতা, কান্তা, কবিতাগী নাক্তা চংলে। মখোয়না লুনা চান্না তৌদুনা মফমদুদা অহিং অমা পোথারে।

মথা চত্থবগী মতাংদুদি বাজকুমার দুসরীদগী মতেং লৌরে। রাজকুমার দুসরী গোপাল লৈকাইগী ইপুৱানি, ইপুরোইবনা মাবু তম্বিরকপা ওজানি। মানা শিনবীদুনা মার্চ্চ ২৫, ২০০৩গী অয়ুক পুং ৭ তাবদা সতাব্দী এক্সপ্রেসনা দিল্লীদগী ঋষিকেশ মায়কৈ পাংলকখি।

সতাব্দী এক্সপ্রেস ট্রেন তোংবদুদি অব্রাবা খঙদে। ট্রেন অদু য়াম্না লূনাল্লি। এরোপ্লেন তেংবগা মান্ননা পেসেঞ্জরশিংগীদমক হোষ্টেসশিংনা নীংথিনা সেবা তৌই। পিজ পিথক তৌই। অব্রাৎ অপা য়েংশিংল্লি। য়াম্না ইফিসিয়েন্ট ওই। মতম চই।

য়াঙনা চেল্লিবা ট্রেনগী থোংনাওদগী য়েংথোকখিবদা চুগী, হৈনৌ পাম্বীগী, লবুকশিং তাম্না তাম্না শন্দোক্তুনা লৈখিবদু উই। অধ্যাত্মিক অমসুং খুৎশেম অনী খুৎশম্নবগী শক্তমসু উবা ফংই। অথাপ্পদা লৈরিবা মন্দিরগী মথক্তা হাইরিবা ফিরাল, মনাক নকপা গির্জাদগী খিংলকপা কাংশি মখোল, ফজ ফজরবা দলাল, ফেক্তরীগী ফনেলদগী অতিয়া তম্না পাইখৎলিবা মৈখু পুম্নমক্তুনা ঐবু অতোপ্পা সংসার অমদা পুবিরে। ট্রেন তোংলি হায়বা কাউরে। খুঙ্গং কয়াসু ফাওদুনা চৎলি। লমদমদুদনা অনেম্বা খাংপোকশংশিংগী ফক্লাংদা ষষ্থি মপাক নপ্পা, মনাক্তা চরু ইকু ৱাংনা ৱাংনা পৈবা কয়াদুসু ভারতকী খুঙ্গংগী শক্তমনি। ভারত বাসিদি খুঙ্গংদা লৈ হায়নরিবদুনি।

ট্রেনদু য়াঙই। দিল্লীদগী মিরুট ফাওবা পুং ১, মিকটতগী মুজফরপুর পুং ১, মুজফরপুরদগী সাহারানপুরদি মিনিট ৪৫ দা য়ৌই। হোষ্টেসশিংনা ঙহাক লৈতনা লাওথোকতুনা পেসেঞ্জরশিংদা মীৎনা শিংহল্লি।

সাহারানপুরদি অচৌবা ষ্টেসননি। মদুদগী মায়কৈ কয়াদা শন্দোকখ্রিবা রেলগী টালিশিংদুদি, কৈয়েন শান্নবগী লায়ুমদু মঙাই। ষ্টেসনগী প্লেটফোর্মদা মীয়াম মরক্তুদা বুর্কা শেৎপী মুসলিম নুপীশিং, অরং অরাক্নী লৈতেং শিবি, নাশিকা হুৎপী, শিঙ্গ্রেংদা শিন্দুর হাপ্পি, খোংদোনদা খোংদোপ শিবি নুপীশিংদুনা ঐগী মিৎয়েংবু চিংশিল্লি। ভারত অসিদা লৈরিবা মীশিংগী ফিজেৎ চাকচা, কলচর ওস্থোক্লা তোপই। মশা মশাগী আইদেনটিটি অদু ঙাকপদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌরিবদুগী মতাংদা ঐবু ৱাখল খলহল্লি।

ষ্টেসন অদুদা কুলিশিংনা পেসেঞ্জরশিংগী পোৎ হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরিবদু উই। মী খরনা ষ্টেসন অদুগী অমোৎ অকায় শেংদোকলি, ৱাই শিৎলি, ঈশিং চাইথোকলি। চা, অচা অথক য়োনবশিং, লাইরিক য়োনবশিং ট্রোলি ইল্ল ইল্লদুনা মখোয়গী পোৎশিংদু য়োল্লরি। ট্রেননা ষ্টেসনদা ঙহাক পোত্থারিঙৈদুদা চোংঙা ক্রাক ময়াম অমা মচা মশু লোয়ননা টালি মরক্তা তারিবা আচাপোৎ খুন্দুনা চাকতারিবদু উবদা ওস্থোকনা নুংশি। চাকনিবা চাকনিবীদি উবক্তে। মিনিট ২০ গী তুংদা ট্রেন থারে হরিদ্বার তম্না। হরিদ্বার ষ্টেসন য়ৌরবদা , টেক্সিনা ঋষিকেশ পাংলে।




## হরিদ্বারদা

পংকুই কুইদনা ঋষিকেশ য়ৌরে। হিমালয় চীংখোঙদা লৈরিবা ঋষিকেশকী শিবানন্দ আশ্রমদা স্বামী পবিত্রানন্দনা শিনবীবা ঈশ্বর ভবনগী মরিশুবা মথোলগী কা অমদা লৈরে। কাগী থোংনাওদু হেক হাংদোকপদা চীংমায়দা হৌরিবা উপালশিংগী মনানা হাইর হাইরদুনা ঐখোয়বু তরাম্না ওকপিবগুম ফাওজে। উপালদা তোংলিবা চেক্লানা খোংবদু ঈশৈ শক্তুনা ঐখোয়বু হরাওহনবনি লৌজে। অৱাংবা বিল্ডিং অদুদগী নোংপোক মাইকৈদা য়েংখিবদা গঙ্গানা ইথক ইপোম নাইনা চেম্থরিবদু উবা ফংই।

আশ্রমগী লু নাল্লবা, কা অদুদা লৈবা ফংবদু ওম্থোকনা নুংঙাই। অদুবু গ্রাউন্দ ফ্লোরদগী মরীশুবা মথোলদু য়ৌনা হঙ্গৎ হন্দা শিড়ী ৫২ অমসুং রিসেপসন আফিসতগী আশ্রম য়ৌব ফাওবগী শিড়ী ১২০ দু কাথোক কাশিন্দা শদৌ থোঙই। চহী য়ামশিল্লকপগী হৌনশা খুকউ নাবা, খ্বাং নাবদু ময়েক য়াম্না শেংলক্লে। শিবানন্দ আশ্রমগী দর্শন ফংজবদা নুংঙাইজবা অদুনা অনাবদু খর কাওথোক্লবদি হোৎনখিদবা নত্তে।

চীংখোঙ নক্লা লৈরিবা বিল্ডিংদুগী কাগী থোঙনাওদুদা লিৎশিল্লক্লগা হিমালয় চীংশাং নাপোমদগী অয়ুক অঙনবদা শিৎলকপা ইংলবা মালংবনা নুংশিৎতুনা য়ৈরবদুদি হকচাংসি পুমতেক তেকখৎহল্লি। শংলেন ফিজোল্লবা পামেলশিংনা মালংগী শউমদা ফর ফর, শর শর হায়না ঈশৈ ঙংলদুনা ঐখোয়দা হেক হেক মঙ্গল পীবগুম ফাওই। আশ্রমগী ভজন কীর্ত্তনগী খোঞ্জেলগা, পামেলদা তোংলিবা চেক্লাশিংগী নুংশিরবা শৈশক্না তিন্নশন্নরবা খোন্থাংদুনা সিবালিক্কী চীংমায়দা য়ৈদুনা মাইকৈ শিনথুংনা শন্দোকখি।

চেক্লা খরনা খোংবা তাই - পি পি পি.....। খল্লুই ইরমদম মণিপুরদা খোঙবা চেক্লা পি থাদোইদুবু মফমসিদা ? অদুমক্তি নত্তমাল্লে খুখোঙ অদু খর খেন্নে। মফমদুগী ঈশিং-নুংশিৎ, অনেম-অৱাংগী চাং অমসুং লৈহাও খেন্নবগী মতুংইন্না উপাল ৱাপাল, উচেক ৱায়া খেন্নবা লৈগনি।

মতম খর ঐনা লাঙ্গোলগী নেচর কিওর য়োগ হোসপিতালদা লৈরুবদু খঙনিং নীংশিংই। মান্ন-মান্নবা, খেন্ন খেন্নবনা অমনা অমবু নীংশিহল্লি। লাঙ্গোল চীংগা

নক্লনা লৈবা অৱাংবা বিলদিংদুগী কাদা লৈবা মতমদুদা, তাখি তোয়না নুমিদাংদা পি থাদোইনা খোঙবা। পি পি হায়রম্বদগী পি পি পি পি পি পি হায়না খঙথু থুজিল্লকই পিথাদোইনা। হায়নবদাই, চেক্লা পিথাদোইদি চীংখুবা যুবরাজ মমোমলোই মোইরাং থোইবীবু মিহৌজবা নোংবানগী থৱায়না শাইওনবনি, চুমলিদরা ? অসুম্না হায়নবসু য়াওই – থোইবীগী থৱায়না ওনবনি। থোইবীনা মথংলেন খম্ববু চিংনদুনা থাংনা লংবদগী মথ্বাই থারবদা মহাকসু মদোম শিজরে। নিংঙমদ্রবা মচাইবেম্মা থোইবীগী মথৱায়না ওনবনি। ওইরিদরা ?

আশ্রমগী অযুক্কী অচা-অথক খরা চাবা মতমদদি চীংমায়দগী য়োং ময়াম অমা মচা অপিকপা পুরদুনা আশ্রমগী কম্পাউণ্ড মনুংদা মচিঞ্জাক থিরৈ। নোংমদি চাওখ্রবা য়োং অমা থোঙনাওদা লিৎশিল্লকই। ঐনা অচাপোৎ, দবলরুটি পিবদা অদুম চৎখি। নোংমসু ঐনা ময়ামগী চাক চাফম কাদগী ঈশ্বর ভবন তম্না লাকপদা মমায় ঙাংবা চাওখ্রবা য়োং অনীনা তুংলোমদগী ঐগী ফিজি পাইদুনা য়াল্লরে। ঐগী খাউদা অচাপোৎ য়াওরি হায়বা মখোয় খঙমাল্লে। বিস্কুট য়াওরিবদু বেক্তগী লৌথোক্লগা পীবদা ঐগী ফিজিদু থাদোরকই। মচাশিংগা লোয়ননা আচাপোৎতু চামিন্নহৌই।

সহরগী নিলখোংবা মফমদগী থাপ্লা লৈবা, মহৌশাগী নীংথিবা শক্তম উবা, উন্না কুপ্পা, মুনি ঋষিশিংনা ধ্যান তৌনরিবা হিমালয় চীংগী মশাইগোন, গঙ্গা তুবেলনা চেনবা মফমসি খন্দুনা স্বামী শিবানন্দনা ঋষিকেশতা লাক্লুনা আশ্রম অসি লিংখৎলম্বনি।

স্বামী শিবানন্দজী মহারাজ খৃ: ১৮৮৭ কী সেপ্তেম্বর ৮ দা মমিং লৈরবা সাধু আপ্পায়া দিকসিতাবগী ইমুংদা পোকপনি। বেদান্তবু নিংথিনা নৈনবদা অমসুং মীওইবগী সেবাদা কখোকলবা স্বামীজীগী পুন্সিনি। মীওইবগী সেবাদা মতেং ওইনবা মেদিকেল প্রোফেসনদা চংশিনলি। দাক্তর অমা ওইনা হেলথ জরনেল ফোংদুনা মীশিংনা হকচাং ফনা থম্নবগী মতাংদা মখল মখাগী ৱাবোল ইদুনা স্বামীনা থম্বীরমই । লোয়ননা অতৈ লাইরিক কয়া অমসু। ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবদগী মহাক্লা দাক্তরগী শিনফম থাদোক্লগা সন্ন্যাস ওইখি। খৃ: ১৯২৪ দা খা ভারততগী লাক্লগা ঋষিকেশতা লাইনিংদুনা যোগী অমা ওইদুনা লৈরকখিবনি।

মতুংদা খৃ: ১৯৩২ দা শিবানন্দ আশ্রম, খৃ: ১৯৩৬ তা দিভাইন লাইফ সোসাইটি, খৃ: ১৯৪৮ দা যোগ বেদান্ত ফোরেষ্ট একাদেমি লিংখৎতুনা মীশিংদা অধ্যাত্মিক জ্ঞান য়েস্থোকপা হৌখিবনি। খৃ: ১৯৫০ দা স্বামী শিবানন্দনা "ৱার্লদ

পারলিয়ামেন্ট অফ রিলিজন" কৌখি। মহাক্না লাইরিক ৩০০ গী মথক্তা ইরমই। জাৎ, ধর্ম্ম খাইদনা পৃথিবীগী মফম পুম্বদা মহাক্কী শিষ্য থনমই। খৃ: ১৯৬৩ গী জুলাই ১৪ দা স্বামীজী মহাসমাধি ওইখি।

মহাক্না লৈখিদ্রবসু আশ্রমগী মচু তাবা নিয়ম কয়া শেমগৎলম্বা অমসুং মতিকচাবা শিষ্য কয়া শেমগৎলম্বনা ঙসিদি শিবানন্দ আশ্রমগী মগুন নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। আশ্রমনা লৌখৎলিবা মরুওইবা থৌরম অমদি যোগ বেদান্ত ফোরেষ্ট একাদেমী লিংখৎতুনা মীওই কয়া লৈফম চাফম পীদুনা অধ্যাত্মিক জ্ঞান পীরিবা অসিনি। চহী খুদিংগী একাদেমীদা থা ২/২ গী ট্রেনীং অহুমলক শিল্লি। মসিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপলোমগী ফিলোসোফি, ধর্ম্ম পুম্নমক্কী মচং ওইবা শরুকশিং, ভগবতগীতা, পাতঞ্জলি যোগ শাস্ত্র, নারদ ভক্তি সুত্র, স্বামী শিবানন্দগী ফিলোসোফি, যোগাসন, প্রনয়াম, ধ্যান, ধর্ম্ম, যোগনচিংববু ক্লাস নাইনা তম্বী।

আশ্রমনা স্বামী শিবানন্দনা ইরম্বা লাইরিক ৩০০, লোয়ননা স্বামী চিদানন্দ, স্বামী কৃষ্ণানন্দ অমদি মগুন লৈরবা স্বামীশিংনা ইবা লাইরিকশিংবু ভারতকী লোলশিং অমসুং মীরৈবাক্কী লোলশিংদা ফোংই, লোয়ননা অধ্যাত্মিক জ্ঞানগী চেফোং দিভাইন লাইফ (ইংলিস) অমসুং যোগ বেদান্ত (হিন্দী) সু ফোংই। স্বামীশিংনা শ্রীস্বামী শিবানন্দগী পাউজেল পুদুনা ভারতকী মনুং অমসুং মপান্দা ধর্ম্ম প্রচার তৌই। মখোয়না মীয়াম্বু উন্নদুনা লমজিং লমতাক তৌবী। অৱা-অনাগী সেবা তৌনবা শিবানন্দ চেবিটেবল হোসপিতাল ১৯৩৪ দা স্বামীজীনা লিংখৎপিবমই। মীওই কয়াবু খঙহৈরবা দাক্তরশিংনা হোসপিতালদা লেম্না লায়েংবী, লেম্না হিদাক পী। চীংনুং মানুংদা লৈবা মফমশিংদা মেদিকেল কেম্প তৌদুনা লৈত লাইর কয়াদা লেম্না লায়েংবী। মীৎ উদ্রবা, চঙজফম লৈত্রবা লেপ্রোসি থুংলবা মীশিংগী লৈফম শেমদুনা মখোয়বু লায়েংবীরি, পিজ পিথক তৌরি।

শিবানন্দ আশ্রমনা অৱা অনা তারবা, লাইরবা চংজফম লৈত্রবা ছাত্র ১০০০ দগী হেন্না মতিকচাবা স্কুলশিংদা লাইরিক তমহল্লি। মখোয়গী অচংবা শেল পুম্নমক আশ্রমনা পুরি। আশ্রমদা লাকপা, লায়েংলিবা মীশিংদা আশ্রমনা লেম্না পিজ পিথক তৌই। লায়র অনংদা দান তৌই। আশ্রমগী লাইব্রেরীদা ধর্ম্মগী ফিলোসোফিগী ওইবা লাইরিক লিশিং ২০ হেনবা লৈরিবদু পানিংবা মীশিংনা পাবা ফংই। লোয়ননা

আশ্রমদা ধ্যান কীর্ত্তন, পুজা, সৎসঙ্গ নুমিৎ খুদিং তৌই। ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদগী মী কয়া অমসুং মীরৈবাক মচা কয়ানা শিবানন্দ আশ্রমদা তৎতনা লাক্লে। আশ্রমগী থবক থৌরম য়াওদুনা পুক্নিংদা অপেনবা শান্তি ফংদুনা হন্নখি।

ঐখোয়না আশ্রমদা থুংলবা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদু নোং নুংশিৎকী ফিভম ফৈ, অতিয়া ময়েক শেংই। লৈচিল নোংফাই থাংদে। নুমিদাং ওইরকপদদি খঙহৌদে খ্রাক খ্রাক, দ্রং দ্রং নোং থাকলকই। নুংশিৎ কন্না শিৎলকপনা থোঙ থোঙনাওশিং গম গম। নোংথাং কুপই, মমিৎ ফাকই। মৈ খংমুৎ মুৎখি। ঙহাক্কী তুংদা নোংজাও মরী মরী হৈথরকখি।

চীংগী লমদদি নোং নুংশিৎকী ফিভমসে অসুম্না হেক হেক তৌমাল্লে থল্লি। ঐনা খৃ: ১৯৯২ দা সিকিমগী কোনুং গেঙটোকতা "ব্লুইমেন রাইটর্স মীটতা শরুক যাবা চৎঙৈদা অসুম্না থেংনরকখি। ব্রাংলবা চীংথক্তা লৈরিবা সিনিওলচু লোজদা দিলিগেট অতৈগা লৈমিন্নরিঙৈদনি। নুংথিলদু নোং নুংশিৎকী ফিভম ফন লৈরম্বদগী খঙহৌদনা অখাক-অবাও তৌরকখি। নোংনা জর জর হৈথরকখি। ঋষিকেশকা গেঙটোক্কা কয়া নকশিন্নহল্লবা।

**ঋষিকেশ** অপিকপা মফমনি। স্কার কি: মি: ১১.২০ দনি মহাক্কী লৈমায়। সমুদ্র লৈমায়দগী মি: ৩৫৬ ৱাংই। কালেনগী মতমদা ১০৬$^{0}$F অদুগা নিংথম থাদনা ৬৫$^{0}$F শাই। নোং তাবগী চাংনা ৬০ নি। ঋষিকেশতা মরু ওইনা শিবানন্দ আশ্রমগী অকোইবদদি মহৌশাগী খল কায়হন্দনা থল্লি। উপাল, ৱাপাল, শা উচেক ৱায়াশিংবু, য়োকখৎগা লোযননা অধ্যাত্মিক্কী মঙাল লৈহন্দুনা অরাকপা যাত্রিকশিংগী, সাধকশিংগী পুক্নিংদা তপথবা ইংথবা ফংহল্লি শিবানন্দ আশ্রমনা। আশ্রমগী অকোইবদা পামেল কয়া হৌরি। লৈকোন্দা লৈশু শাৎলি। চেকলাশিংনা পামেলদা চংজফম লৌদুনা মচা মশু কোন্দুনা নুংশিনা মখৌ পোঙনা খোংজরি। য়োংশিংসু চীংথক্তগী কুমথবক্লুনা নুমিৎ খুদিং আশ্রমগী অকোইবদা মচিঞ্জাক থিবা লাকই। অসুম্না অমনা অমগী মতেং পাংনরি।

মমাংঙৈদগী হৌনা মুনি ঋষিশিংনা ধ্যান তৌদুনা লাইনিংদুনা লৈবা মফমনি — ঋষিকেশ। মুনি ঋষিশিংনা অৱাবা কয়া খাংদুনা মফমসিদা তপস্যা তৌবদগী ভগবাননা পেনবিদুনা ঋষিকেশ ওইনা শাফোংবিরকপদগী মফম অসিবু ঋষিকেশ কৌখিবনি হায়বগী ৱারী লৈ।

ঋষিকেশ অসি ওন্থোক্লা ফজখ্রবা, য়েংবদা পুক্লিং হুখ্রবা মফম অমনি। গঙ্গা তুরেলনা মফমসি ফাওদুনা চেন্থরি। চাওশাংলবা মগুন লৈরবা হিমালয় চীংশানা পল ওইদুনা লৈরি। মহাভারতকী ৱারীদদি হিমালয় চীংজাওবু অসুম্না শৈথাবি হিমালয় হায়বা চীংজাও অসি ঙাঙলবা চীং লৈবাকনা, মখল মখাগী ধাতুনা থন্না লৈরবা চীংদোলশিংনা লৈতেংদুনা লৈরমই। নোং পুরবা নুংশিৎনা নোং ঈখিক্লা খীকথরক্লুনা নুমিৎচুপ্পা চীংদোলশিংদু চোৎতুনা লৈ। তুরেল কয়া, কুঞ্জ-নিকুঞ্জ কয়া কয়ানা, মরক মরক্তা লৈতেম মান্ননা হাইথরকপা তম্বাক মচা মচানা, মরক মরক্তনা তাম্না লৈবা মন্দির কয়ানা লৈতেংদুনা লৈবমই। শুক্লবা লোকনুংদা তুমদুনা লৈবা শওম-কৈ থন্না লৈরিবা হিমালয়নি। মচু তোঙাল্লবা, খোঞ্জেল তোঙাল্লবা উচেক মখল কয়া, চাউরবা খোইমু, নোঙ্গৌবী, ৱাহোং, কোকিল, ঙারাকপী নোংইনলচিংবা উচেকশিংনা লৈতেংলিবা হিমালয় চীং নি। উরী ৱারী মখল মখন্না কূপশিন্দুনা লৈরিবা, লুরবা লাইজনা থল্লবা কুঞ্জ কয়া, মমল য়াম্লবা হীয়াই কয়া তাদুনা লৈরি। মবৈশাংলবা, মহু কল্লবা, লিল কয়ানা কোয়চৎ চৎতুনা লৈ। হিমালয় চীংজাও অসি মফম অমদনা সনামচু, মফম অমদনা লুপা মচু, মফম অমদনা অশংবা ওই।

অসিগুম্বা হিমালয়দা ভগীরথনা চহী লিশিং অমা উহৈতা চাদুনা, ঈশিংতা থক্লুনা অকনবা তপস্যা তৌখি। মদুদা পেনবীদুনা গঙ্গানা মুর্ত্তি ওইনা চোংথোবক্লুনা ভগীরথদা দর্শন পীবিখি। ভগীরথনা বর নিজখি – বব পীনহৈবী গঙ্গাদা। মাগী শেঙলবা ঈশিংনা চমথোকপিদুনা মবুধৌ সাগরগী মচাশিংদু অরান খুভম ফংহনবীয়ুনিজখি। গঙ্গানা যাবিদুনসু স্বর্গদগী গঙ্গা মহাক্লা মর্ত্যলোকতা অকনবা শাফুগা লোয়ননা চেন্থবকপদা মদুবু কনানা ওকপিগনি ? মহাক্লা তাকপিবা মতুংইন্না ভগীরথনা অমুক কৈলাস চীংথক্তা অকনবা তপস্যা তৌদুনা মহাদেববু পেলহনখি। শিব মহাদেবনা য়াবীদুনা চীংনিংথৌ হিমালয়গী মচানুপী গঙ্গানা শাফু কন্না মহাদেবগী লাইবক তম্না চেন্থরক্লুনা তাবক্লে। মহাদেবনা গঙ্গাবু মুক্তা মালাগী মতৌগুম শীজিন্নখি। গঙ্গানা অসুম চেন্থখিদুনা সমুদ্র পাংখি। সাগরগী মচা লিশিং ৬০ গী উৎপু চামথোকতুনা অরান খুভম ফংহনখি।

গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা লেপ্পরবদুদদি হিমালয়গী চীংখোঙদা য়ৌরক্লবদুদদি মহাভারতকী ৱারীদুবু নীংশিংদবা ঙমলকখিদে। ঋষিকেশতগীদি হিমালয় চীংদা

লৈবিবা তীর্থ মফমশিং জমুনেত্রী, গঙ্গোত্রী, কেদারনাথ, বদ্রিনাথ য়ৌনা চৎনবা লম্বী শেমদুনা লৈখ্রে।

ঐখোয়নীগী তীর্থ খোঙচৎতি ঋষিকেশ ফাওবদনি। ঋষিকেশকী অকোইবদা, আশ্রমগী মনাক নকপা মন্দিরদা লাইখুরুজবা, শিবানন্দ আশ্রমগী ভজন কীর্ত্তনদা য়াওবা ফংজবকপা অদুদনি। স্বামীজিগী পাউতাক হায়বদি — সেবা তৌ, নুংশিনৌ, দান তৌ, নুং পান শেংউ, ধ্যান তৌ, আত্মা মশক খঙ্জু, অফবা তৌ অফবা ওইয়ু, থৌজান হৈয়ু, মীনুংশি লৈয়ু, ঐ কনানো থিয়ু, নশাগী অশেঙবা মশক খঙজৌ অদুগা মুক্তি ফংজৌ হায়বসিনি। হায়রিবা পাউতাকশিং অসি থবক্তা ওন্থোক্লবা শিবানন্দ আশ্রমদা থৌরম কয়ামরুম পায়খৎলিবশিং অদুতং খঙনবা হোৎনবদা মতম শাংনা চঙগনি। ঐখোয়না মদুদা চয়োল অমা লৈদুনদি করিবু থোইনা খঙবা ঙমলুগনি ?

তাং ২৬।৩।২০০৩ গী অয়ুক অঙনবদা ঐখোয়না লৈরিবা ভবন্দগী কুমথবক্তনা গঙ্গাগী দর্শন ফংলে। ইথক ইপোমগা লোয়ননা চেন্থরিবা গঙ্গাগী লুববা লাইজ ঈচেলনা, অকোইবগী শক্তমনা ঐখোয়বু শুমহৎতুনা মতম ফন শাংনা থম্বীরে। তোর্ব্বান্দুদা লৈরিবা শিবানন্দ ঘাটতুদসু মতম ফনা কুইনা লমদনদুনা লৈরে। নোংপোক মায়কৈদা লৈচিল থাংদবা অতিয়াদা ঙান্থোইরিবা কোরৌনা মাগী ঙাঙ্খানরবা সনা অহিংবা মশেকতু ঈচেলদুদা হৈথরক্লি। অদুদগী চুমথাঙ মচুগী ফিজোলনা গঙ্গাবু লৈতেংবীরে। ঈচেলদুদা হি তোংদুনা যাত্রিক কয়া অমনা তোর্ব্বান ৱাংমদা লৈরিবা আশ্রমশিং, মন্দিরশিং তম্না চৎনরি।

ঐসু হিদু তোংদুনা তুরেল ৱাংমদু য়ৌনিংবনি। ঐনা ইপুরোইবদা হায়জে — "ঐখোয়সু হিসি তোংদুনা ৱাংমগী মন্দিরশিং য়ৌরুসিদনা।" মহাক্না হায় "হে কৈকান্নবা, নহাশিংনা তৌগদবা থবক্লি।"

তুরেলগী মায়কৈ অমদগী তাঞ্জদুদা নহাশিং খরনা রেফটিং স্পোর্টস শান্নদুনা ঈচেলগী খুদুং ইন্দুনা হোল্লকলিবদুনা অমুক ঐখোয়গী মীৎযেংবু চিংশিল্লি। ঈচেলদা অমুক য়েংথরুবদা উরে ভক্ত যাত্রিকশিংনা তর্পন কৎপগী লৈশু তাওথরিবা, চাওর চাওরবা ফজরবা ঙা ময়াম্না তর্পনগী চেং থোইদিংদু মচিঞ্জাক ওইনা লাক্তুনা চাবিবা। মতৌ মতা অমনি। মিৎ কুপ্পা য়াদবা কুম্মৈ মখল অমনি।

শিবানন্দ কুটির লৈরিবদুগী তোর্ব্বান মনাকতুদা লৈকোল, শিবানন্দজী মহারাজনা গঙ্গাবু খুরুমজবা, ধ্যান তৌবদা ফমলম্বা নুংপাক্তু লৈ। অদুৱাইদা লৈবম্বদগী ঐখোয় অমুক ঈচেল নক্না কুমথরে। গঙ্গাদা ঈশিং খুজোক্না তর্পন কৎচরে। মিৎতগী পি চদুম চদুম শিন্থুরকখি। লাইরমলেম পাংথ্রবা ইমা পাবুং অহল লম্মনবু নীংশিংদুনা অমত্তা পোকচবী ইচানুপীদুবুসু নীংশিংদুনা মখোয়গী আত্মা শান্তিগী গঙ্গাদা নিজবে।



স্বামী শিবানন্দ সরস্বতি

নুংশা শাগৎলক্লে। হুমাং মবিক মরিক শৌরকলে। লৈকোলদুদা ফমদুনা ঙহাক পোথাদুনা লৈরে। পুং ১০ তাবদা শিবানন্দ কুটিরগী থোঙ হাংগনি হায়বদু ঙাইদুনা মিৎফম হোংবা যাদ্রবা গঙ্গাগী ফজবা নীংথিবদু য়েংদুনা কন কুইনা অমুক লৈরে।

শিবানন্দ কুটিরদা চঙলে। গঙ্গাবু ইমানি খুরুমজবা নুতিগী আবর্তি কৎচবা স্বামীজীনা হকচাং শোঞ্জিল্লক্লবদা মিন্থুৎথোঙদগী গঙ্গাবু দর্শন ফংজনবা শাখিবা অপিকপা খাঙবোকশঙনি। কুটিবদা স্বামীনা শীজিন্নবম্বা ফিরোল কোললিক পাদুকা, কমণ্ডলু, মালা, চে কলমদু থেন্দুনা থম্লি। স্বামীজিগী নোকমি নোকমিবা ফোটোনা অরাকপশিংদা আশীবাদ পীরিবরি। সন্ন্যাসী অমগী অচম্বা পুন্সি লেনখিবা অপান্বা থাদোক্লবা মহাক অদুগী মপাঙ্গোংগী ওইবা মপোৎ মরলব কদি থোইনা লৈরুগনি? স্বামীজীগী অধ্যাত্মিক্কী লৈতেং অদুগী লৈনমতনি ভক্তশিংনা কুটিব অদুদগী ফংজবকলিবদি।

শিবানন্দ কুটির উরুবদা ৱাধাদা লৈবিবা গান্ধী কুটিরদু নীংশিংলকখি। খৃ: কুম ১৯৭৫ দা ঐনা ইন্টরনেসনেল রুইমেনস কনফরেন্স যাওবা চৎপদুদা

গান্ধীকুটির দর্শন তৌবগী খুদোংচাবা ফংলকখি। গান্ধীজীনা শীজিন্নরম্বা খুরুম জুরাদুনে, উগী ফালমচা অমনে, মশানা আটা তকচবগী চক্রি অমনে কুটিরদুদা লৈহৌই। ফিজোল অনী শুদনা শেৎপা ফকিরদুগীবু করি থোয়না লৈরুগদগে ? গান্ধীজীগী ভক্ত শিষ্যশিংনদি মদুবু উবদা পিবাং শিন্থে। মপাম্থোংগী ওইবা পোৎচৈ করিশু লৈজদবা নুপাদুগী মথম্মোয়দুদি মীনুংশি, কথোকপগী গুননা লৈতেংবনি। অদুনা মহাকপু মহাত্মা হায়না কৌনরি। ঐনা দায়রীদা ইশিনজৈ –

হে ইমা ভারত, ঙকইকো নংগী চায়োক নাওয়োকসে
নঙনা চহী লিশিং কয়াদগী হিয়াই লোৎতুনা থল্লিবসে
হিমালয়বু, গঙ্গা, যমুনা, সরস্বতী
কৃষ্ণা, কাবেরী, গোদাবরীবু য়োকচবীনিকো নংসে
মুনি, ঋষি কয়াবু নথানুংদা কোঞ্জবীনিকো নংসে
তোপ তোপ্পনিকো নংগী সভ্যতা, পবমপরা
অদুনা শৈথারি নপারী মহম্মদ ইকবালনা
সাবে জহাঁসে অচছা হিন্দোসতা হমারা
মালেম পুম্বগী অথোইবা হিন্দুস্থাননি
ঐখোয়না খোইনীংনি মহাক্কী
মসিনা লৈকোলনি ঐখোয়গী।
পুম্নমক্তগী ৱাংহেল্লবা চীংজাওনা
ওইরি ঐখোয়গী থোঙাকপা
মানা শঙলি ইনাক্তা।
শান্নজবি নতম্বাক্তা
তুরেল লীশিং কয়ানা
মাগী থৌনা পাঙ্গলনা,
হাপ্লি থৌনা ঐখোয়দা।
সারে জহাঁসে অচ্ছা হিন্দোসতা হমারা।

মথংগী নুমিত্তসু অমুক গঙ্গানা ঐখোয়বু কৌবিদুনা পুবিরক্লে মনাক্তা। মাগী লূরবা লাইজনা কোকথক্তা খিকচরে। ইশাসি তশেং তশেংলবগুম হায়না ফগওজরে। তের্ব্বান নক্লা লৈরিবা দুকানশিং অদুদা যাত্রিক লমকোইবশিংগী পুক্লিং চিংশিন্নবা অরং অরাক খুজিনাচি, লিককোল, লাইগী মুর্ত্তি য়াওবা লোকেৎনচিংবা, লাই কৎনবা

শিন্দুরনচিংবা য়োল্লি। দুকান মচা অমা অনীদা চগুদুনা য়েংলে। মদুদা য়োল্লি লংত্রিক লংবা স্পাটিক্কী মুর্তিশিং। স্পাটিক হায়বসি লিক্লাইনি। হিমালয় চীংদা মতম শাংনা লৈরোল চন্দুনা লৈরবা কৃষ্টেল ওইরবা উনপাক মপংনি। মেছিননা শেমলবা মূর্তিশিংদু য়াম্না ফজে মমলসু ৱাংই। ধ্যান তৌবদা পুজা তৌবদা মগুণ চাওই হায়বদগী মুর্তি মচা অমদি লৈরে, রুদ্রাক্ষ মরু অহুমদংগা।

রুদ্রাক্ষ করিনো হায়বসি হান্নদি মুন্না খঙলমদে। মাগী মগুনগী মতাংদদি তাই। মসি রুদ্রগী (মহাদেবগী) পিরাংদগী ওইখিবনি। রুদ্রাক্ষ ঙকতা শিরবদি মী হাৎলুবগী পাপ ফাওবা কোকই। মোক্ষ ফংই হায়নৈ। ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধীনা ঙকশমদা রুদ্রাক্ষ পরেং শি। মহাকপু হাৎখিবদু রুদ্রাক্ষ পরেংদু লৌথোকতুনা থল্লিঙৈদনি হায়।

ৱারীশিংসি তারগা ঐনা রুদ্রাক্ষপু উনিংখি, খঙনিংখি। ঐনা পুরীদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদা লৈবা মনিপুরী আশ্রমদা লৈরিঙৈদা পোৎ য়োনবা হোক্করশিং ফন য়াম্না লাকখি। অপঙবা ঐখোয়না মমল য়াম্না পী পীদুনা সমুদ্রদগী ফংবা থরোই, মোইবুংনচিংবদু লৈশিল্লি। রুদ্রাক্ষনি হায়বদুদা মরু অমদা লুপা ১০০ পীদুনা ঐসু অমা লৈরকই। মদু খুৎশেমগীনি হায়বা কোন্না খঙহল্লকখি।

হন্দক ঐনা ঋষিকেশতা চৎপা অসিদদি রুদ্রাক্ষগী মরম খর খঙবা ঙমলে। মসি উগী মহয়নি। হিমালয় চীংদা রুদ্রাক্ষ পাম্বী হৌই। শিবানন্দ আশ্রমদসু পাম্বী অমা হৌই। রুদ্রাক্ষ পাম্বীগী মহয় মরুদু মমায় ১দগীনা মমায় ১৪ ফাওবা লোংবা য়াওই। মমায় অহুম লোংবদু ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরগী খুদম্নি লৌনৈ। পঞ্চ মুখি হায়বদি মমায় মঙা লোংবা রুদ্রগী মায়থোং মঙানি থাজনৈ, মমল য়াম্না তাংই। পাক ফংনদে।

রুদ্রাক্ষ পাম্বীসি মিটর ৫ দগী ৬ ফাওবা ৱাংই। চহী অমদা অনীরক মহয় য়ানবা পাম্বীনি। জানুৱারী ফেব্রুৱারীদা অমুক, জুলাই আগষ্টতা অমুক। হিমালয় চীংদতসু নত্তনা নেপালদা, কেরালাদা, শ্রীলঙ্কাদসু ফংই। ইন্দোনেসিয়াদা ফংবা মরু মহয়দি পিশক পিকই। সুমাত্রা জাভা, বালি, কাম্বোদিয়াদসু ফংই। ঐখোয় না তাং ৩০।৩।২০০৩ ইংদা ঋষিকেশতগী হল্লকপা লম্বীদা লৈহৌবা হরি হর আশ্রমদসু রুদ্রাক্ষ পাম্বী অমা হৌহৌই। খোঙনাং অচৌবা অমগুমনা মশা মরেং

ফল্লবা চহী য়াম্লবা পাম্বীনি। রুদ্রাক্ষ পাম্বী মখোঙদুদা মহাদেবগী লিঙ্গ ১২ লাৎতুনা লৈহৌই। হরি হর আশ্রমদা হৌবা রুদ্রাক্ষ পাম্বীদুগী মহয় মরুদুদি মমায় অনীদমক লোংই। আশ্রমগী ষ্টোল অমদা মদুগী মরু অমদা লুপা ১০/১০ পীদুনা য়োলহৌই। লংফৈ চৎপদগী মদু উবা ফংজরকখিবনি। রুদ্রাক্ষকী মরমদা খরদংগা হেন্না খঙনিংদুনা রুদ্রাক্ষকী মরমদা ইবা লাইরিক য়াওব্রা হায়দুনা গঙ্গা তোর্ব্বানগী লাইরিক য়োনবা দুকান অমা অনীদা হংলে।

Talks on Shri Rudram হায়না থাবা স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীনা ইবা, মখুমদা রুদ্রাক্ষ পরেং য়েকপা লাইরিক অমা থেংনরে। প্লাষ্টিকনা লাইরিকতু খুমজিল্লি। মদু লৌথোক্লগা মনুংদা করি য়াওরিবগে য়েংগে হায়বদা দুকান মপুনা য়াদ্রে। লাইরিক্কী মমলসু থাদে। লু: ২০০/- পীদুনা কোপী অমা লৈরে। রুদ্রাক্ষগী মরমদা ইবা নৎলমদ্রে। হাংদোক্লুবদদি কৃষ্ণ য়জুর বেদগী লাইশোল মন্ত্রবু (রুদ্রগী শ্লোক ১০০৮) সংস্কৃত শ্লোক্কা কোন্নরা ইংরাজীদা টিকা পীদুনা ইবা লাইরিক ওইবমলে। লাইরিকতু লামায় ২২৪ পাল্লি। গঙ্গা ধরেশ্বর ট্রষ্ট, ঋষিকেশনা ফোংবনি। লাইরিক অদু পাবা ফংবদুনা ঐগী পুক্লিং ব্রাখলগী ইবল ওইজহৌবে।



## (৩)

শিবানন্দ আশ্রমদগী হনগদবা মতম নকশিল্লকলে। লক্ষ্মন ঝূলা, রাম ঝুলা (শিবানন্দ ঝুলা) য়ৌরুদ্রি। তুরেল ৱাংমদা লৈরিবা স্বর্গাশ্রম, গীতাভবন, ত্রিবেনী ঘাট, ভারত মন্দির, কন্ব ঋষি আশ্রম, নিলকন্ঠ মন্দির, মুনিকি রেটিনচিংবা ঋষিশেকী মকওইবা লাইফমলেনশিং অমত্তসু য়ৌরুদ্রি। মফমশিং অদুদা অধ্যাত্মিক্কী থবক থৌরম করম্না চত্থরিগে হায়বদু অমত্তা উদ খঙদনা লাকঙমদনা লাক্লগা করম্না হনসিগে ইবানী খন্নরে। অমরোমদনা চৎথোক চৎশিন, কাথোক কাশিন্দা খোঙ খুৎতি মহা ওইনা নারে। কন্না শাংনা চৎপসু য়াদ্রে। মহোয় পাবুংনদি চৎলরোইসি, পোত্থারসি হায়। ঐনদি য়ানিংদে। লমজিংবীনবসু লৈতে। লমজিংবীনবগীদি স্বামী পবিত্রানন্দনা শিনবীরে। জি এন ত্রিভেদীনা ঐখোয়বু লুচিংবীদুনা চৎলে। ত্রিবেদীজি গুজরাঠতগীনি। ইমুং-মনুং য়াওনা লাক্লুনা আশ্রমদা লৈরবা চহী ১৫ হেল্লে। মহাক শিবানন্দ ভবনদা লৈবনি। মহাক্লা আশ্রমগী লেপ্রোসি হোসপিতালদু য়েংশিন্নবগী থৌদাং লৌরি। যাত্রিকশিংদা লমজিং-লমতাকপা য়াম্না হৈ হায়না স্বামীজীনা তাকপিরে।

আশ্রমদা লাইখুরুম্বা, ভজন কীর্ত্তনদা শরুক য়াবদা, প্রসাদি ফংবদা অশুবা, অশেংবা ফি শেৎনিংই। মণিপুরী নুপীগী নাৎকী ফিজোল ফনেক মপাল নাইবীদি তোয়না শুরবদি মচু থোক্তে। অদুনা তোয়না শুবা য়াবা, অয়াংবা ফি শেৎপা তারকই। আশ্রমদা কনানসু করি ফিজোল শেৎলিবগে য়েংনদে। লম কয়াদগী কলচর কয়াগী মীশিংনা লাক্লবসু অয়াম্বনা অঙৌবা নৎত্রগা গেরুৱা মচুগী ফি

শেৎনৈ ইন্নে। নুপানা ফৈজোম নত্রগা পাজামা কুর্টা, নুপীনা শারি শেৎপনা য়ামই। শেৎপদসু য়াংবা শুবসু য়াবা শারী অমা ঐসু শেৎচিল্লে হৈবোই হৈতবোই। অদুদগী খোঙশাল্লে লক্ষন ঝুলারোমদা, ত্রিবেদীজীনা হায় — "লেপ্রোসি কোলোনীদা হান্না য়ৌরুসি"

ঐনা খুমই -- "ঐখোয়গী খোঙখুৎকী ফিভমসিদা মফমদু করম্না য়ৌগনি ?

ওটোরিক্সো অমদা মফমদু য়ৌরে। ত্রিবেদীজীনা ঐখোয়নীবু কুষ্ঠি অনাবশিংনা লৈরিবা মফম অদুদা পুশিন্দুনা মখোয়গা উন্নহল্লে। অনাবশিংদুগা নমস্তে তৌনরে।



*লক্ষ্মন ঝুলাদা*

সমাজদগী তোঙান লৈরবা নাইতোম তারবা মখোয়দা নুংশিনা ৱাহৈ অমনিদং হায়রম্বদুদা মখোয়না কয়া হরাওজখিবা। মখোয় ৩০ মুকনি লৈহৌবা। মখোঙ মখুৎ তৎলবা চৎপা ঙমদ্রবসু য়াওই। মখোয়দু ফমুংদা হিপ্তুনা লৈ। নাবদগী ফরবা মী খরনা ময়ামগী চাক ইনশাং থোংবগী থৌদাং লৌই। মনিঙদা লৈরিবা শঙতপতুদা চাকশংনি। মদুদা অমুক পুশিল্লে। মখোয় খরগা অমুক উন্নে, ৱারী শান্নে। লায়েংবদগী ফরবা মী খরসু মশাগী শেম্ছোক লৈহন্নবগীদমক ফিশাবা, ফি তুবা থবক তৌহল্লিবা শিনশঙদু তানা অমুক ঐখোয়বু পুবীরে। মফমদুদা ফিশাকোল অনী অহুম, ফি তুনবা কোল অমা অনী লৈবা উরকই। শঙদুগী মনাক্তা লম্বীগী মতাইদা লৈবা ষ্টোলদুদগী মখোয়না ফি শারগা তুদুনা য়োনবা ফিগী খাউ অমা লপা ৬০/- পীদুনা লৈরকই।

অদুদগী খোঙনা তপ্না তপ্না লক্ষন ঝুলা ফাওবা চৎলে। লক্ষন ঝুলা হায়বসি গঙ্গা তুরেলগী মথক্তা শাবা অপিকপা থোঙ অহাইবীনি। থোঙ অসিদা খোঙনা মী চৎপা য়াই। একাগাড়ী ইল্লগসু চৎলি। গধা লোল্লাসু চৎলি। লক্ষ্মন ঝুলা লৈরিবা

মফমসি ত্রেতা যুগতা লক্ষ্মননা তপস্যা তৌখিবা মফমনি। মফমদুদা লক্ষ্মন মন্দিরসু শাদুনা লৈ।

লক্ষ্মন ঝুলা থোঙ অসি অহানবদদি থৌরীনা মরী তিংদুনা শারম্বনি হায়। হৌজিক্তি য়োৎলিনা শিল্লে। থোঙ শাবগী আরকিটেকচরদু ওম্থোকনা আবিটিষ্টিক ওই। অখন্নবা অহৈবা ইঞ্জিনিয়রশিংগী ওইবা পোথোকনি। মসি য়াম্না মগুন লৈবা মমিং চৎলিবা থোংনি। মসিগী ৱাংমদনা রঘুনাথজী মন্দির লৈ। নীংথিববা মফমদুদা শ্রীরামনা লেংবিরক্লমই হায়। মন্দিরদুদা লাৎলিবা দেবী দেবতাশিংবু খুরুজবা ভক্ত যাত্রিক য়াম্না লাক্লে।

লক্ষ্মন ঝুলাগা মান্নবা থোঙ অমসু স্বামী শিবানন্দ আশ্রমগী মায়োক্কবদা লৈ। থোঙদু রাম ঝুলাসু হায়, শিবানন্দ ঝুলাসু হায়নৈ। রাম ঝুলাদু লান্থোক্লগদি গীতা ভবন, স্বর্গাশ্রম অদুমক নক্লা লৈরে। শিবানন্দ ঘাটতগী হি তোংদুনা লান্থোকপসু



*রাম ঝুলা (শিবানন্দ ঝুলা)*

নভবনিনা থোঙদুশিংদু লানবা নত্তনা য়ৌনবা উপায় অতৈ লৈতে। ত্রিবেদীজীনা হায় -- "য়াম্না তপ্না তপ্না চৎসি। অদুম য়ৌবা ঙমগনিদা"।

লৈজবা থৌনা পুথোকতুনা চৎলে। ফন কুইনা চঙই গীতা ভবন য়ৌবদু। গীতা মন্দিরগী ফক্লাংদা মুর্ত্তি কয়া অমা খিল্লি। বাময়নগী টেক্স অদুসু ইদুনা থেৎলি। কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা অর্জ্জুননা লাল চঙ্ভু যাদ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্বম্ভর মূর্ত্তি পুথোকতুনা দর্শন পীবিখি। কর্ম্মযোগগী পারা তম্বীখি অর্জ্জুনদা। অদুগুম্বা বিশ্বম্ভর মূর্ত্তিদু চাউনা শাদুনা খিল্লিবদুগী মাঙদা ফমদুনা গীতাগী শ্লোক "পশ্যামি দেবাং স্তব দেব দে হে...." থিরগা ঐনা খুরুমজরকই। লাইফমশুনা, লাঈশঙ শুনা য়ৌরুবা ঙমদে। মরু মরুওইবা খরদনি দর্শন তৌরকখিবা। ত্রিবেদীজীনা খুৎনা থিন থিন্দুনা তাকই। মসিনা অদুনি। অসিনা অদুনি....।

তারমদাই কোরৌ মশেক্না তোর্ব্বান অদোমদা অমুক য়েররে। পিকলিবা অঙাংশিং য়াওনা মী কয়ানা ঘাটতা গঙ্গাস্নান তৌনরি। ঈশিং খুজোকনা তর্পন কৎনরি। তোর্ব্বানগী লম্বী চিদাইদা ষ্টোলশিংদা, অচা অথক, পোৎচৈ কয়া অমনি য়োল্লিবা। খরনা পোৎচৈ লৈবগী খরনা লাইখুকুম্বগী লম্বীদু চিৎন চাইন ঙমদে। মণিপুরদা মী চিনখ্রবা লম্বীদা সিফাইনা গাড়ী কন্না কন্না থৌজিনবা, চিংনৈ হায়দুনা মীশিংবু চেক তৌবা অদুগুম্বদি অমত্তা লৈহৌদে।



রাম ঝুলাগী নাক্তা গীতা ভবন মাংদা

আশ্রম য়ৌরক্লগদি হকচাংসি পুমথিৎ থিৎলে, খোঙসু পোমলে। অহল ওইরক্লবনিনা মহোই পাবুংগী মিৎতি কয়া নুংঙাইত্রবনি। নুমিদাংদা দাইনিং হোলদা চৎপদু খুদোং চাদদুনা ঐনা টিফিন কেরিয়রদা নুমিদাংগী চবাদু হেক হেক লৌরুবনি। নুমিৎতুদি ভবনদগী দাইনিং হোল ফাও চৎপগী ঐগী পাঙ্গল লৈত্রে। ব্রত কৎলে। অথেংবদা স্বামী পবিত্রানন্দ, স্বামী কৃষ্ণানন্দগা ঐখোয়গী কাদা লেংবিরক্তুনা অৱাৎ অপা হংবীরৈ। স্বামী কৃষ্ণানন্দসু মণিপুরদগীনি ; লাঙ্গোলগী বিশ্বনাথ মন্দিবগী সেবা পুবীবনি।

স্বামীজী অনীনা লেংথ্রবদা মহোই পাবুংনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা – "লাইসি খরা খুরুম্লগা লোইশিল্লসিনা। নংনা পামজমনবদুদা ঐদি অদুম য়াবগী ৱানি। হৌজিক্তি নখোঙসু পোম্লে। মখা কমদৌসি হায়বা ?

মাদি সাইন্সকী মীনি। থবক থৌরম পাংথোকপদা য়াম্না প্রাকটিকেল ওই। লাই নিংবদসু মাগী ওইবা অমা লৈজে। চন্দন লাইপোৎ পুথোক্তুনা চন্দন থিনবা, মন্দিরদা চত্তুনা লাই খুকুম্বনচিংবা খক তৌদে। লাইদি খুরুমই অযুক্তা, ইরুজবা কারকপদা সন্ধ্যাদা দশবতারসু থি।

ঐদি চন্দন থিনবা, মন্দিরদা চত্তুনা লাই খুরুম্বা, ভজন কীর্ত্তনদা শরুক য়াবা য়াম্না পামজে। ঐনা যুমদা লাই ময়াম অমা লাৎপদু উরগা মানা হায়বা য়াওখি – "নহোই নমাগী লাইশিংদি য়ামখ্রেদা, লাই কোতি কুম্ভ্রাহুমদোই হায়বদুমক শুরম্লগনি।" হন্দক ঐখোয়না তীর্থদা চৎপসি ঐনা হায়জমনবদগী মানা

মানা হংবদুদা ঐনা খুমই –

"হয়েংদি শিবানন্দ চেরিটেবল হোসপিতালদা চত্তুনা মদুদা করম্না থবক থৌরম চখরিবগে হায়বদু য়েংনিংই। ঐগী খোঙ নারিসিসু দাক্তরদা য়েংহল্লক্কে নিংলি।"

তাঞ্জাদুদা আশ্রমগী শিবমন্দিরদা পাংথোকপা সন্ধ্যার্তিদা ভক্তশিংনা শোঞ্জবা ওম নমো শিবায়, ওম নমো শিবায়....... লোয়ননা পুং-ঈশৈ কাংশিগী খোঞ্জেন্না মফমদু ফাওবা নিল্লকই। ঙহাক তুমিন লৈদুনা ভগবান শিবদা ভক্তি কৎচৈ।

সন্ধ্যার্তি লোইখ্রবদা ঐনা মোইপাবুংদা হৌদোকই –

" সাইনটিষ্টশিংদি ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদে হায়নৈ। স্বামী শিবানন্দদি সাইন্সকী ছাত্রনি, মশামক দাক্তর অমনি। অদুবু মাদি ঈশ্বর থাজৈ, ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোলসু পাংথোক্লি আশ্রম অসি লিংখৎতুনা।

মোইপাবুংনা মাগী মোত পীরকই – অদুনি "Synthesis of science and religion হায়নরিবসি। স্বামী শিবানন্দদসু নত্তে। লাই থাজবা সাইনটিষ্ট কয়াসু লৈ। লাইনিংবদি সাইন্সকী ছাত্রনা হেন্না খঙই হায়বা য়াই। মরমদি what is life হায়বসি মখোয়না মুন্না খঙই। Spinoza, Enstein গী মীংদি তারেদনা ?

– "মখোয়না করি হায়রম্বগে লাইনিংবগী মতাংসিদা ?"

– স্পিনোজানা হায়বম্বা দোক্ট্রিন অমা লৈ অদুবু pantheism হায়না খঙনৈ। পাউতাক অদুদি ঈশ্বরদি পূন্নমক্তা লৈ। পূন্নমক ঈশ্বরদা লৈ। ঐখোয়না উরিবা সংসারসিদা উরিবা হারমোনী অসিনা মাগী পুক্রিংনি। মীওইবগী হকচাং অসি ঈশ্বরগী শরুক অমনি। ঐখোয় খুদিংমক ঈশ্বরগী এতোম অমমমনি, পিকখ্রবা শরুক অমমমনি। মপুং ওইবদুগী য়াম্না মরুওইবা শরুক অমনি হায়বসিনি।

জগৎ অসি শেম্বদা এতোম, নিউট্রোন, প্রোট্রোননা অকক্লবা নিয়ম অমদা ওইহনবনি হায়না অয়াম্বা সাইনটিষ্টশিংনা লৌনৈ। অদুবু আইনস্টাইননদি

মীওইবগী জ্ঞান, লৌশিং শম্না হায়রবদা ঐখোয়গী নোলেজসি মপুংফাবা নত্তে হায়না লৌই। জগৎ অসি শেম্বদা শকউদবা খুৎ অমা য়াওই হায়বসি মানা খঞ্জবনি। ঈশ্বরনা বিশ্বতাইবং (জগৎ) অসিবু করম্না শেম্লিবনো হায়বদু মহাক্না থিজিনবা পামখি। মঙোন্দদি জগৎ অসি ঈশ্বরনি। অদুবু আইনস্টাইননা ধর্ম্মগী ওইবা পূজা লাংজাদদি থাজবা তৌদে। ঈশ্বর হায়বসি থোইদোক হেন্দোকপা শক্তি লৈবা মীওইবা অমনি হায়নসু লৌদে। মহাক্না হায়বদি রিলিজনগা সাইন্সকা মুক্লবসু লৈতে। ঐখোয়না লনাই ওইবা, মাগী মাগী ওইবা ঈশ্বর পুশিল্লকপা অসিনা চয়েৎনবা থোকহনবনি।"

ৱারী শান্নরিঙৈদুদা কাগী কোলিং বেল খিংলকই। ঐনা হৌগৎতুনা থোঙ হাংদোক্লবদা নহা অনী লেপ্তুনা লৈরম্মী। অমনা হায –

"স্বামী পবীত্রানন্দজী মহারাজনা উহৈগা শঙ্গোমগা পীবকই।" হায়রগা সেম খরগা শঙ্গোম হাপ্লা পাত্রদুগা এঙোন্দা পীরম্মী। ঐখোয়নী ব্রত কৎলে খঙদুনা স্বামীজীনা থাবিরক্লিবনি। কয়াদা মীনুংশি চাউখ্রবনো ! কয়াদা নুংশিখ্রবা মতৌনো"

মথংগী নুমিৎতদি স্বামীজীনা ঐবু শিবানন্দ চেরিটেবল হোসপিতালদা পুবিবে। দাক্তরদা হংদুনা ঐনা নাবিবদুগী হিদাক চারে, তৈননবা মোলোমসু পুনিরক্লে। হোসপিতালগী তোঙান-তোঙানবা দিপার্টমেন্টদা চথরিবা থবক থৌওংদুসু উহল্লে। খুঙ্গংগী লমদগী লায়েংবা লাক্লিবা নুপা-নুপী অহল, অঙাংশিংদুগসু উন্নবা ফংলে।

তাং ২৮।৩।২০০৩ দু একাদশী নুমিৎনি। আশ্রমগী মীশিং ব্রত কৎলি। স্বামী পবিত্রানন্দগী থৌ খরদং কোম্বা নুমিৎ থোকই। অতৈ মতমদদি আশ্রমগী লাইরিক য়োল্লিবা দুকানদা থৌদাং পাংথোকই। মশাগী ধ্যান তৌবা, লাইখুরুম্বা, লাইনীং লাইশোল তৌবসু লোযবগা নুমিৎতুগী অয়ুক পুং ১০ তাবদা স্বামীজীনা ঐখোয়বু পুবীদুনা বেদান্ত ফোরেষ্ট একাদেমীদা চৎলে। মফমদুদা চথরিবা ক্লাস অদুদা য়াওনবগী তাঞ্জা অমসু শিনবীরে। ঐখোয়বু একাদেমীগী থৌশিল পুরীবশিং, ওজাশিংগা উন্নহল্লে, শক তাকপিরে।

ঐখোয়না য়াওবা ক্লাস অদুগী ওজাদু স্বামী পদ্মনাভায়ানি। খা ভারততগীনি। হান্না ইঞ্জিনিয়র ওইরম্বা মীশক্নি। পুম্নমক থাদোকলমলগা মরু কোকথোকতুনা

গেরুৱাগী কৌপিল শেৎতুনা, ফি মচেৎ অমতংনা হকচাংদা কুপ্তুনা স্বামী ওইনা লৈরি। ময়ামদা অধ্যাত্মিকী শিক্ষা পীরি। ওম নমো নরায়ন .... ওম নমো নরায়ন ঙহাক ছাত্রশিংদুগা শোনমিন্নরগা ক্লাসতু হৌই। সংস্কৃতকী শ্লোক থিরগা ইংরাজীনা ফজনা ব্যাখান তৌদুনা তাকপী। মরক মরক্তা ফাগীসু তৌদুনা ছাত্রশিংদু নোকহল্লি। ওস্লোকনা মগুণ লৈখ্রবা ওজানি। ক্লাস লৌরিবা হিরমদি মেদিটেসন (ধ্যান) তৌবা অসিগী মতাংনি।

অহানবদা ভক্তি যোগ, জ্ঞান যোগগী মরমদা তাকই। মতৌ করম্না ধ্যান তৌগদগে হায়বসিগী মতাংদা অসুম্না তাকই — গুরু নত্রগা মতিক মগুন লৈবা মী নত্রগা ওম নত্রগা মহাক মহাক্না নিংজরিবা ইষ্টদেব অমবু নীংশিংদুনা ধ্যান তৌবা য়াই। তৌবতদি ধ্যান তৌবগী পন্থুংদু য়ৌনবা হোৎনবা তাই। নহাক্না পুকচেল শেংনা, থাজবগা লোয়ননা হোৎনরবদি মদু ওইথোক্কনি। তৌগদবদি পুক্লিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা, খুদুম চনশিন্দুনা থম্বা অসিনি। পুক্লিং তপথহনগদবনি। পুক্লিংসি পোথাক্ম খঙদনা মরাং মরাং তৌরবদি মদু থিংগদবনি। মীওইবগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা পুক্লিংবু য়োংনা উশা অমমদগী উশা অমদা চোং চোংদুনা শান্নবদুগা প্রমান তৌদুনা খুৎ শা য়াওনা গুরু পদ্মানাভায়ানা তাকতুনা ছাত্রশিংদু নোকহল্লি। শ্লোক অমামুক থি, ব্যাখ্যান তৌই — ধ্যান তৌরগা পুক্লিং অসি ইংথৈ, নীংথিনা তূমদুনা পোথাবা ঙমই। মহৈরোইশিংগী নীংশিংবগী শক্তি হেনগৎহল্লি। অনৌবা পাঙ্গল ফংহল্লি, মথৌ নীংথিনা পাঙথোকপা ঙমহল্লি। ধ্যান তৌবা মতমদা তৌরিবা মীশক (দুওর) তৌরিবা থবক (দুইং) পাঙথোকলিবা মতৌ (প্রোসেস) অহুম অসি পুন্না চৎমিন্নবা তাই। অমত্তা ওইনা পুনশিনহন্দুনা খেন্নবা থমলোইদবনি। ঈশ্বরদা পুন্নমক শিন্নৌ, ঈশ্বরগা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নৌ। চংশিল্লিবা লম্বীগা পন্থুংগা অমত্তনি। ইশাদা অচাউরম কাবা (ইগো) মুথৎলু ...... অসিনচিংবনি।

পুং ১ গী ক্লাসনি। হৌখিবা খঙহৌদে। ক্লাসতু য়াওরুরগা স্বামী পবিত্রানন্দজীনা মাঙ থাদুনা আশ্রমগী বেদান্ত ফোরেষ্ট একাদেমীগী বিলদিংদগী তপ্না তপ্না কুমথরক্লগা আশ্রমগী সেক্রেটরীগী থৌ পুরিবা স্বামীগসু অমুক উন্নহল্লে।

আশ্রমদা লৈরিঙৈদা নোংমদি ঐহাক ইদোম লাইব্রেরীদা চংদুনা লাইরিক ময়াম লৈরিবদু য়েংলুই। লাইরিক অমা অনী ফাক্কুনা ঙহাক য়েংই। লাইব্রেরীগী থৌদাং পুরিবী অয়াম্বা নুপীনি, ফোরেনরশিংনি। মখোয়না আশ্রমদা লৈবদা মানা মানা হৈগদবা থবক য়েংদুনা থৌদাং লৌরিবনি।

নোংমনা অখণ্ড কীর্ত্তন য়াওই। খৃ: ১৯৩৬ তগী হৌদুনা মন্দিরদুদা ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা হরিনাম মহামন্ত্র শোন্দুনা ভক্তশিংনা লৈরি। অমনা অমুক শকই অমনা অমুক .....। ঐনা চংখিবদুদা অহল ওইরবী নুপী অমনা হারমোনিয়ম খোংদুনা হরে কৃষ্ণ মন্ত্রদু শোল্লমই। ঐসু নাম শোনবদু ঙহাক য়াওরমই।

শিবমন্দিরদা ভগবান শিবদা আরতি কৎপদু পুং অমরোমনি। ময়ামনা শক্লি ওম নমো শিবায় ওম নমো শিবায়....। ফিনা কুপ্তুনা থল্লিবা পুং অদু ভক্ত অমনা হাংদোকই। এলেকত্রিক সুইচ অমা নম্লগা মচৈ অনীখক্লা কন্না কন্না পুংমায়দুদা য়ৈদুনা তাল থাই।

ঐঙোন্দা ঙক্লা থোকখিবদি কুচু ঙৌবা ফোরেনর মতৈ মনাওনা শিবগী স্নান পুজাদু মখুৎমক্লা সেবা ফংবদুনী। নোংচুপকী সভ্যতাদা শেম্লুমগী অৱাৎপা লৈত্রবা মখোয়দুনা সুট টাই থাদোক্লগা অঙৌবা ফৈজোম ফুরীৎ শেৎতুনা শিবগী সেবাদা য়াওররি। অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চংশিল্লকলি। শিবানন্দ আশ্রমদতসু নত্তনা ভাবতকী তীর্থ মফম আজমিরগী পুস্কর, টিরুপতি নচিংবদসু ফোরেনর কয়া লাক্তুনা লাই খুরুম্বা ঐহাক থেংনবকখি। আশ্রমদা জাৎ বিজাৎ থাইদে। সেবা ফংনিংবশিংনা সেবাগী অচংবা শেল কৎলগা ফংবা য়াই।

সন্ধ্যা গৌরী মতমদা শিবানন্দ আশ্রমগী গুরু কুটিবদা ভজন কীর্ত্তন শকপদুদসু ফোরেনর নুপা নুপী খরনা, মরোল খোইরি খোইবি সংস্কৃতকী মন্ত্র থিবা, ভজন শকপদুদসু ঐহাক য়াওরকখি।



# (৪)

ঋষিকেশ তীর্থ যাত্রাদু তাং ৩০।৩।২০০৩ ইংদা লোইশিল্লে। অয়ুক পুং ৭ তাবদা টেক্সি থুংলদুনা ঈশ্বর ভবনগী লৈকোল নাক্কুদা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরে। তাঞ্জাদুদা স্বামী পবিত্রানন্দজীনা মাগী শিষ্য খরগা লোয়ননা ঐখোয়নীবু বিদাই পীবা যৌরকই। ঐখোয়না হনখিবদা তেক্ত কাইদনবা মঙ্গল ওইনবগীদমক ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌগে হাযদুনা মৃতঞ্জয় মন্ত্র ....

ওঁ ত্র্যম্বকং যজামহে সুগন্ধি পুষ্টিবৰ্দ্ধনম।
উর্ব্বারুক মিব বন্ধনাৎ মৃত্যুর্মুক্ষীয় মামৃতাত"

অহুমলক হন্না শোল্লে। খুৎ লোন্নদুনা নমস্তে তৌনরগা কাইনরে। ঐখোযবু লমজিং লমতাকপিনবা ত্রিবেদীজীসু লোয়ননা হরিদ্বার ফাওবা চৎমিন্নরে। চৎনা চৎনা খল্লি সমাজসিদা অফবা ফত্তবা অনীমক লৈবনি। মী খুদিং সাধু নত্তে, মী খুদিংমক দাকু নত্তে। লাইবক ফবনরা লাইগী কৃপানরা, হন্দক্কী তীর্থ খোঙচৎ অসিদদি অফবা ঙাক্তা, অধ্যাত্মিক্কা মরী লৈনবা ঙাক্তা থেংনরকথি।

টেক্সিনা মাঙলোমদা জর জর চৎলি। উপাল ব্রাপালশিংনা তুংহন্না চেলহৌই। লম্বীগী নাকল অনীদা মন্দিব, আশ্রম য়াম্না লৈহৌই। ত্রিবেদীজীনা গাড়ী মনুংদগী তাকই অসিনা অদুনি....। অথাপ্পদগী অদুম খুরুমজরে। গাড়ী খামলগা চংদুনা দর্শন তৌবা, খুরুমজবা ফংলকপা লাইশং মন্দির খরদি শান্তি কুঞ্জ, বৈষ্ণোদেবী

গুফা, ভারত আশ্রম, স্পাটিক মন্দির, চিত্রকুত অখণ্ড মন্দির, গায়ত্রী মন্দির পৱনধাম, হরিহর আশ্রম, সতি ঘাটনচিংবনি। ঋষিকেশতগী হরিদ্বার য়ৌবা লম্বীদা লৈবঙাকনি। নোংমগী মনুংদা অদুক য়াম্না মন্দির, আশ্রমশিংদু কুপথনা য়েংদুনা মদুগী মরমদা য়াম্না খঙজিল্লুবদি ঙস্বা নত্তে। ঙহাক চঙদুনা দর্শন তৌবা, খুরুমজরকপা অদুতনি।

শান্তি কুঞ্জদুদি হেক্তা মফজখ্রে। মনুংদা চঙদুনা য়েংগে হায়বদা গেটতা রেজিষ্টার তৌই। গেটতা সন্ত্রি থমদুনা ঙাক শেল্লি। লৈকোল অদুনা চাউনা শেল্লিবা। মদুদা লৈ মখল মখল য়াম্না শাৎলি, অঙাংবা অঙৌবা নাপু মচুগী। গমলাদসু লৈ কয়া অমা শাৎলি। মদুদা শাৎলিবা লৈশিংদুগী মমিং থা থাদুনা থমলি। য়ামখ্রে মশিং থিরুবা ঙমদে। মখোয়নদি হায়, লৈ মখল ৩০০ হেল্লি। হৈকোল অমসু শেমদুনা লৈ।

গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা, হিমালয় চীংগী মরুমদা হরিদ্বার-ঋষিকেশকী লম্বীদা, রেলৱে ষ্টেসনদগী কিলোমিটর ৬ চঙশিল্লগা লৈরিবা শান্তি কুঞ্জসি অশেঙবা তীর্থ মফম ওইরে । পুন্যাচেল্লবা মীওই অনী পণ্ডিত শ্রীরাম শর্ম্মা লোযনবী ভগবতী শর্ম্মানা শেমগৎলম্বনি খৃ: ১৯৭১ দা। শান্তি কুঞ্জগী অকোইবা কেম্পস অদু কোইনা চৎতুনা য়েংবদা ফন কুইনা চঙই। আশ্রমদুগী তোঙান তোঙানবা দিপার্টমেন্ট লৈরি-যজ্ঞ তৌফম, মীয়াম্না শীজিন্নবা য়াবা লুহোং খোঙদোংবা, শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাঙথোকপা য়াবা মাণ্ডব, প্রসাদি খুনফম, লাইরিক য়োনফম, ধ্যান তৌফম, পোষ্ট অফিসনচিংবা। ঐখোয়না চংবা মতমদুদা মী ময়াম অমা প্রসাদি হোল অদুদা প্রসাদি ফংহৌই। মদু নুমিৎ খুদিং লৈত লাইরশিংদা লেম্না পিজরিবনি হায়।

সমাজ অসিদা মীওই কয়ানা মানা মানা ঙস্বা মওংদা হোৎনদুনা মীওইবগী নুংঙাই য়াইফনবা খুদোল তন্নি। মশানা তাঞ্জবকপা মরল মথুমদু তুংগী মীবোলগীদমক শীংথাবা য়াবা থবক অমা নৎত্রে অমা তৌনবি। আমেরিকাগী পিটসবর্গতা লৈহৌবা কারনেগী মেল্লোন ইউনিভরসিটিদু ইনাকখুনবা নুপা এন্ড্রু কাবনেগীনা মরল কখোক্তুনা শেমগৎপনি। মহৈ লোয়শঙ অদুদা তমদুনা মীওই কয়াবু মীথোয় মীহেনবা ওইহনখ্রবনি। ইউনিভরসিটি অদুগী দিপার্টমেন্টশিং, শান্নবুং, ওদিটোরিয়ম, লাইব্রেরী, সুইমিং পুলনচিংবদু ফজনা শেমগৎতুনা লৈ। ঐখোয়গী ইরমদমদা লৈরিবা মহৈ লোয়শঙগা চাংদম্নরুরবদি সমুদ্রগা লাংখোঙগা হায়বদনি।

নিয়ুয়োর্কতা হুদসন তুরেলগী নোংপোক তোর্ব্বান্দা লৈহৌবা একর ৬০০ কী লমদা শেমগৎপা হাইদ পার্ক অদু অমুক নীংশিংই। ফ্রেদরীক উইলিয়ম ভেন্দর ভিলটকা মাগী নুপী লুই ভেন্দরভিলটকনা মখোয়গী মরলনা শেমগৎলম্বনি। মরলদু করম্বা মওংদা শীজিন্নগদগে খল্লবা তুংদা মীয়ামগী পোত্থানবা হৈকোল লৈকোল, ফজরবা বিলদিংশিংদু শেমগৎলম্বনি।

মতৌ অসুম্না মীওই কয়ানা মীওইবা সমাজগী কান্ননবা সেবা তৌরি। অদুবু লম অমগা অমগা, জাতি অমগা অমগগী কলচর, ইতিহাস, পরম্পরা খেন্নবনা খুৎফোংদোক অদু খেন্নে। শান্তি কুঞ্জ আশ্রমদা শেমগৎলিবা অদুদগী ফংলকপা অধ্যাত্মিকী রস অদুদি চাওখৎলবা আমেরিকাগী মীৎ থক্লা ফজরবা মফমশিং অদুদগীদি ফংলক্তে।

বৈষ্ণোদেবীগী মন্দিবদুদি কাশ্মীরদা লৈরিবদুগী নমুনানি। গুফা মনুংদা শেমগৎপনি। মদুদা হিন্দুগী দেবী দেবতা শুনা লাৎলি।

ভারত সদন আশ্রমদা চংই। মদুগী সেবা চৎলিবা স্বামী ভুমানন্দজীগা উন্নদুনা আশ্রমদুগী মরমদা খবদং হংজে। ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধীনা শেমগৎলম্বনি। মদুদা অহল ওইরবা মীশিংগী লৈফম (ওল এজ হোম) অমা লৈ। মদুদা লৈবা অহল অমা অনীগা ৱারী শাবগী তাঞ্জাসু ফংলকই।

ঙসিগী সমাজ অসিদা নীংবা থুংদ্রবা, কনানা হন্না য়েংবীদ্রবা অহল কয়া লৈরি। হকচাংগী পুক্নিংগী শক্তি হন্থরক্লবা, পুন্সিদা থৌদাং কয়া পাংথোকলম্বা মখোয় অদু মাগী মচা মশু মরী মতানা হন্না য়েংবীদবা, নুংশিনা তৌবিদবা, করিগুম্বদা তাম্থোকপিরকপসু কয়ানি। মী অমনা থাদা লু: ৮০০/- পুথোক্লগা আশ্রমদুদা লৈবা য়াই। মদুদা পুন্সিচুপ্পা লৈবসু য়াই নৎত্রগা থা ২ অহুম লৈবসু য়াই। নুপা নুপী মতৈ মনাও লৈমিন্নবসু য়াই। ঐনা উরকপদি কা অমদা ফমুং বাথরুম লৈ। অপুনবগী ওইনা চাকশং, চাফম লৈ। নুংশা শাগৎলকপদুদা শুমাংদা হৌরিবা খোঙনাং বট পার্ক্দুগী মরুমদা ঙহাক ফমদুনা লৈকোলদা শাৎলিবা লৈশিংগী ফজবা অদু য়েংদুনা পোত্থাই।

স্পাটিক মন্দিরদুদদি লিক্লাইনা শেম্বা মহাদেবগী লিঙ্গ ময়াম অমা লাৎতুনা পুজা তৌরি।

**ঋষিকেশ**, কাংখল, হরিদ্বারগী লমদমদা হিমালয় চীংদগী ফংবা পোৎলমশিং উবা ফংই। চহী চুপ্পা উন তাবনিনা, কালেনগী মতমদা উনদু খর শৌদোকখ্রবসু মখাদা লৈরোল লৈরোল লৈবদুনা কৃষ্টেল ওল্লবা উনপাক অদুনা শেম্বনি মূর্ত্তিশিংদু। য়েংবদা পুমলং লংই। য়াম্না ফজে।

**রূদ্র আশ্রমদনা** মহাদেবগী মূর্ত্তি লোয়ননা দেবতা অতৈসু লাৎলি। **স্বামী** সত্যামৃতানন্দনা মদুগী সেবা চৎলি। **চিত্রঅখণ্ড মন্দিরদদি** হনুমানজীগী মূর্ত্তি লাৎলি। রামায়নগী ৱারী তারগা খা ভারতকী, শ্রীলঙ্কাগী রামেশ্বর সেতুবন্ধগী, সমুদ্রগী ৱাদমক মরুওইনা ঐনা খল্লমই। অযোধ্যাগী মীশিংনা রামবু নীংনবোই খল্লম্বনি অদুবু ঋষিকেশ, হরিদ্বারদা রাম লক্ষ্মন ভরত শত্রুঘ্ন, হনুমানগী প্রভাব যাম্না লৈ হাযবসিদি হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা খঙবা ঙমই।

**গায়ত্রী দেবীগী মন্দির** তম্না অমুক গাড়ী থৌরে। মূর্ত্তি ওইনা গায়ত্রী দেবী লাৎলি। মদু গায়ত্রী সাধনাগী মফমনি। গায়ত্রী সাধনাগী মতাংদা শিবানন্দ আশ্রমদা লৈবিঙৈ খবদং তাবা ফংজরকখি। মাতৃ সৎসঙ্গ যাওবদা লেকচব তাবদগীনি। নুমিৎ খুদিংগী আশ্রমগী লাইব্রেরী হোলদা নুংথিল পুং ৪ - ৫ ফাওবনি মাতৃ সৎসঙ্গ পাঙথোকলি। মদুদা ভজন কীর্ত্তন লোয়ননা শিবানন্দ লেকচব, অধ্যাত্মিক্কী লমদা মগুন লৈবা নুপা নুপীশিংগী মরমদা লেকচর তৌই। মদুদগী খঙবদি গায়ত্রী সাধনা অসি হিন্দুশিংতগী নত্তে। মসিদি লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক্না শীজিন্নগদবা পরমাত্মাবু কৌজবা, মঙালদা কৎচবা লাইশোলনি। মওং অমদা নত্রগা অমদা ইশানা পামজবা মিংলেন অমদা দেবীওইনা, শ্রীহরি ওইনা, আদিত্য হায়বদি সুর্য্যদেব ওইনা নত্রগা নির্গুন ব্রহ্ম ওইনা সাধনা তৌজবা য়াই অসিনি। সাধনা অসি তৌরবদি মীদুবু খুদোংথিবা কয়াদগী ঙাকথোকপিদুনা ইংথবা তপথবা শান্তি পীনবী। মন্দিরদা চঙশিল্লগা লাইমাংদা ফমদুনা গায়ত্রী মন্ত্র শোঞ্জে —

ওঁ ভু র্ভুব: স্ব: তৎ সবির্তুবরেনাম।

ভর্গো দেবস্য ধীমহি ধিযো যো ন: প্রচোদযাৎ।

কাংখল য়ৌবমদাইদা চাওরবা মহাদেবগী মূর্ত্তি অমা খিললিবদু লম্বীদগী উবা ফংই। মহাভাবতকী ৱারীদগী খঙবদি কাংখল অসি ব্রহ্মাগী মচাইবুংঙো নিংথৌ দক্ষনা কোনুং ওইরম্বা, গঙ্গা তুরেলগী মপান্দা লৈবা য়াম্না লিরবা মফমনি। কাংখলদা মন্দির, আশ্রম য়াম্না লৈ। অদুবু মঙ্গল আশ্রমদুতদা চঙলে।

মণিপুরদগী পুকচেল চাউরবা ভদ্রলোক লোংজম কুলবিধু সিংহ, শিংজমৈদা লৈবা যদু সিংহ অনীনা শেমগৎপনি হায়বদুদা থোইদোকনা আশ্রমদু য়ৌনিংই। হেক চংবমক্তা স্বামী যোগেন্দ্রানন্দগীরিগী ফোটো অমা মাঙ্গোলদুদা লাৎলি। সেবা পুবিবা স্বামী দেবানন্দজী উন্নদুনা ৱারী শাই। স্বামীনা ফোংদোরকই মণিপুরদগী শেল খর খর আশ্রম অদুদা থাদবিরম্বদু তোকখিবনা মরম ওইদুনা খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লরে।

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিদি মণিপুরদগীনি। কৈশামথোং লাইশোম লৈরক্তা পোকপনি। ঐনা থংনবা লৈবক কৈশামথোং তোপ লৈবক্তা পোকপনি। শ্রী অহৈবম তোমচা সিংহ অমসুং চাওবী দেবী অনীগী মপারীনি। স্বামীগী হান্নগী মিংদি য়ুমদনা ইবোবী স্কুলদা তোম্বা কৌবনি। পীকলিঙৈদগী হৌনা মহাকসি ঈশ্বরগী মফমদা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈবা, সাধু সঙ্গ তৌবা, ভজন কীর্ত্তন পামজবা মীওইনি। ইংশোক ১৯৩৫ গী মার্চ্চ থাদা চীঙ্গোই বারুনী স্নানগীদমক য়ুম থাদোকখিবদগী অমুক কাশি পাংখিদুনা মফমদুদা ব্রহ্মবিদ্যা ফংদুনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙখিবনি। সন্ন্যাসীশিংগী খ্বাইদগী ৱাংবা 'শ্রীমৎ পরমহংস' উপাধি ফংদুনা ভারতকী সাধু সমাজনা ব্যবহার তৌনরি। ভক্তিগী লম্বী, জ্ঞানগী লম্বী অমসুং কর্ম্মগী লম্বী, ব্রহ্মাচর্য্য, অমসুং অবতারগী অথুপ্পা ৱা হায়বা লাইরিক মঙা অমসুং মৈতৈলোন্দা ইবা গীতা ভোল্যুম অহুমদা ফোংবীরমই। স্বামীজীনা হিংলিঙৈগী মতমদদি উন্নবা ফংজহৌদ্রবসু



শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী
যোগেন্দ্রনন্দ গীরি

মহাক্লা লৈবিরম্বা মঙ্গল আশ্রমদা য়ৌরকপদা ওম্থোক্লা অপেনবা পোকচৈ। লাৎলিবা ফোটোদা খুরুমজৈ।

কাংখলদা লৈবা তীর্থ দক্ষ প্রজাপতি আশ্রম অমসুং সতী মন্দিরদসু ঙহাক চণ্ডদুনা খুরুমজরকই। লাই হাক্তক্কী ৱারীদা নিংথৌ দক্ষপ্রজাপতিনা মচাইবেম্মা সতিবু শিব মহাদেবগা লুহোংবিখি। মলোম অমদগী দক্ষপ্রজাপতিনা যজ্ঞ তৌবদা লাইশিংবুদি বার্ত্তন তৌরগা শিব মহাদেববুদি বার্ত্তন তৌখিদে। মদুদা সতীনা ইকাইবা নংখি। মশামক যজ্ঞকুণ্ডদা চোংথদুনা মথৱায় থাখি। হায়রিবা মফম অদুদনি দক্ষপ্রজাপতি আশ্রম লৈরিবা। ঙসিসু মফমদুদা লেপ্তুনা যজ্ঞ তৌরি। ভক্ত যাত্রিকশিংনা মদুদা চেং থোইদিং লৈশু কৎনৈ। ঐখোয়সু মদুদা য়াওদুনা খুরুমজরকই।

আশ্রমদুগী মনাক্তা সতী মন্দির, সতী কুণ্ড লৈ। কুণ্ডদুগী মপান্দা অপিকপা ফুরা মচা মচাদা সতী ওইখিবী হায়বদি মপুরোইবগী চিতাদা চোংশিন্দুনা শিখিবীশিংগী মমিং থাদুনা থেৎহৌই। মন্দিরগী অকোযবদনা চাকনিবা চাকনিবী ময়াম অমা অরাকপশিংদগী ভিক্ষা দান নিহৌই।



# (৫)

হন্দক্কী খোঙচৎসিদি তীর্থযাত্রা হায়বদুনি। দিল্লী য়ৌববনিনা বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ড লাপত্রে। মফমদু য়ৌনিংই। পাক হেক লাক্কেসু ঙম্বা নত্তে খন্নরে।

রাজকুমার দুসবী দিল্লীদা লৈরি তারদুনা মাবু ঐখোয়না লৈরিবা মফমদদা লাকপিনবা হায়নজরে। য়ৌবকপগা দুসবীনা হংই — "ইচেম্মা করি হায়বীগদবা লৈবগে ?" ঐনা হায় — "ইবুংঙো ওজাগা ঐখোয়না রাধাকুণ্ড বৃন্দাবন য়ৌনিংই। করম্না ওইবা য়াগনি ?

দুসরী — "ঐ হেক্তা থিঞ্জগে। ইচেবু, ওজাবু মতেং পাংজবদি ঐগী লাইবক ফবনি।"

তাং ২।৪।২০০৪ দা মশামক্না কার থৌদুনা বৃন্দাবন যাত্রা তৌরে। দিল্লীদগী ফরিদাবাদ, হরিয়ানা, মথুরা ফাওদুনা চৎলি। লম্বীদু পাক চাওথ্রে, লেন মরীনি। মণিপুরগী কোংকুৎকী কোংকুৎ ঙাক্তা ঙাইবা লম্বীদুগুম্না নত্তে। অদুনা গাড়ী য়াঙনা থৌদুনা থুনা য়ৌনবগী উপায় ওই।

হরিয়ানা য়ৌবদদি অশঙবা লৌবুকনা পাক শন্না লৈবিবদু উরে গাড়ীদগী। নোম্বা কনবদা হরিয়ানাগী মীশিং হায়নবিবনি। লম্বীগী চিদাইদা ফজখ্রবা থোৎলবা পুংদোল, বোরোই, অঙ্গুরনচিংবা উহৈশিং মপৈ মপৈ থেনদুনা য়োল্লি। লম্বী চৎপশিংনা গাড়ী খামদুনা মদু লৈনৈ। ঐখোয়সু খর লৈরকই।

মথুরা য়ৌরে। মফমদুদা মীশিংনা লাইনিংবগা লোয়ননা চাওখৎ থৌরাংসু লৌখৎপা থেংনৈ। স্কুল, হোসপিতাল, দেইরী ফার্মনচিংবদা থেৎলিবা সাইন বোর্দতু লাইগী মীং রাধা, কৃষ্ণ, গোপাল, ব্রজবিহারী, গোবর্দ্ধননচিংবা অসি শীজিন্নে। মফমদুদা পোৎচৈ, মনা মশিং য়াম্না হোংই। লন্দীগী কৈথেলদুনা য়োলহৌবদু আলু কিলোদা লুপা অনী, খামেন, গাজর, খামেন অশিনবা লুপা ৩, কোবী লুপা ৫ খোংদ্রুম লুপা ৩ নি।

রাধাকুণ্ড য়ৌরবদা ইবুংঙো দুসরীনা শেমগৎলিবা আখড়াদুদা লৈরে। মন্দিরদা লাৎলিবা রাধা গোবিন্দবু খুরুমজবে। শ্রীরাধা গোবিন্দদু মণিপুরগী মহারাজ শুরচন্দ্রনা সেবা চৎলম্বনি।



রাধা কুণ্ডদা লাৎলিবা সুরচন্দ্র মহারাজনা সেবা চৎলম্বা রাধা গোবিন্দ

রাধাকুণ্ডগী মফমসি গোবর্দ্ধনগী অৱাংদা কি.মি.৪, অদুগা বৃন্দাবনদগী নোংচুপলোমদা কি.মি.২২ লাপ্না লৈবনি।

রাধাকুণ্ড শ্যাম কুণ্ডসি বৈষ্ণবশিংগীদি অশেঙবা তীর্থনি। বেদদা রাধা কুণ্ডগী মতিক মগুন চাওনা থারি। রাধা কুণ্ড, শ্যাম কুণ্ড, বৃন্দাবনদি মীৎনা উবা সংসার অসিগী ৱাংমদা লৈবা অধ্যাত্মিক্কী মিৎয়েংতনা উবা ফংগনি। শ্রীমতি রাধিকানা শ্রীকৃষ্ণ কায়নবদগী পিরাংতনা রাধাকুণ্ড ওইখিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা রাধিকা কায়নবগী পিরাংনা শ্যাম কুণ্ড ওইখি হায়নবা ৱারী লৈ।

ৱারী অমদনা অসুম্না হায অরিষ্টাসুর হায়বা হিংচাবনা ষনগী শক্তম লৌদুনা ষনমযাম মবক্তা চংলক্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা অরিষ্টাসুরবু হাৎখি। গোপীশিংনা কৃষ্ণবু ষন হাৎপগীদমক পাপ কোক্লবা স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতাল মবোল অহুমদা লৈবিবা অশেঙবা তীর্থ খুদিংদা চৎতুনা প্রায়শ্চিত তৌগদবনি হায়রবদা ---

শ্রীকৃষ্ণনা — ঐনা কোযচৎ চৎপগী মহুত্তা মফম অমত্তদা তীর্থপুম্নমক লৈহনগনি হায়বগা খোঙগী খুনিংতনা তৌদুনা কুণ্ড অমা শেমখি। কুণ্ড অদুদা

পাতালদগী ভগবতী গঙ্গা, ঈচেল খুদিং তিল্লবা, থুমহি চেনবা সমুদ্র, শঙ্গোম চেনবা সোনা তুরেল, তাম্রপর্নি তুরেল, পুস্কব, সরস্বতী, গোদাবরী, যমুনা, সরজু, প্রয়াগ তীর্থ, রেবা তুরেলনচিংবা তীর্থ পুম্নমক কুণ্ডদুদা পুন্না তিলহনখি। মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা স্নান তৌখি। কুণ্ড অদু শ্যাম কুণ্ডনি।

নাপল তৌববা শ্রীমতি রাধিকানা সখিশিংগা লোয়নননা ফজরবা পুখ্রি অমা শ্রীশ্যাম কুণ্ডগী মনাক্তা মখুত্তনা খোৎতুনা তৌরে। শ্যামকুণ্ডগী ঈশিংনা পুখ্রি অদু থলহলবীগে শ্রীকৃষ্ণনা হায়বদা য়াখিদে। মানসী গঙ্গাদগী রাধিকানা গোপীশিংগা লোযননা চকুদা হোল্লগা ঈশিং হৈজগনি হায়রবদা তীর্থগী লাইযামনা অমত্তা ওইনা থোবক্কুনা শ্রীমতি বাধিকাদা হাযজবদা য়াবিদুনা তীর্থ পুম্নমক্তা বাধাকুণ্ডদা তিনখি।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি রাধিকা ইবেম্মা নহাক্কী কুণ্ডনা ঐগী কুণ্ডদগী হেন্না মগুন লৈবা ওইসনু। ঐসু নংগী কুণ্ডদা স্নান তৌবা হেক হেক লাক্কনি।

বাধাকুণ্ডদি শ্রীবাধা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য প্রেমগী লিলা শান্নফমনি। কুণ্ডগী মপান অসি অহিংদা রাস লীলা শান্নফমনি। ঈশিংদা জলকেলি লিলা শান্নবিবনি। তশেংনা হাযরবদা শ্রীবাধাকৃষ্ণদা ভক্তি শ্রদ্ধা লৈজবা বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি বাধাকুণ্ড শ্যাম কুণ্ডসি ইথুংঙো ইবেম্মমকনি।



রাধা কুণ্ড

শ্রীকৃষ্ণনা দ্বাপুর লিলা লোইদুনা থুপখ্রবদা কৃষ্ণগী মশুনুপা ব্রজনাভানা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবৈদা, চহী ৫০০০গী মমাংদা ব্রজদা কৃষ্ণনা অরিষ্টাসুর হাৎখিবা মফমদু খিবগা নৌনা শ্যামকুণ্ড শেমগৎখিবনিসু হায়নৈ।

বাধাকুণ্ডগী অকোয়বদা মন্দির লৈ। ঘাট, কুঞ্জ, আশ্রম য়াম্না লৈ। তেনখ্রবা মতমদা পুম্নমকতু দর্শন ফংবা ওইথোকতে। মথংগী অয়ুক্তা মরু মরু ওইবা মফম খরদা য়ৌদুনা লাই খুরুমজরকই।

ঐবু লমজিংবীবদু শ্রীমতি গম্ভীনি দেবীনি। মহাক ইবুংঙো দুসরীগী অখড়াদুদা লৈবীনি। আখড়া খরদা মণিপুরদগী অহল ওইরবী নুপী খর লৈবা থেংনরকই। মৈতৈনুপীগী হৌনশা মশাগী নুংঙাইতবা, নীংবা কায়বা কয়া মপান্দা ফোংদোকতে। য়াম্না অহল ওইরবী অমগা ৱারী শান্নরকপদা

- ইন্দোল অসিদা লৈরিসিবু য়ুমদা য়েংবিনবা কনা লৈত্রবরা ?
- ইবেম্মা ঐগী ইয়া অমনা শেল খর খর থাবিরক্লম্বনি অদুসু হৌজিক্তি থারক্তে।
- অদুদি কদায়দগী পৈশানা হিংলিবগে ?
- করি তৌকনি ? ময়াম্না মন্দির মনাক্তা ফমদুনা ভিক্ষা নিরিবা মরক্তুদা য়াওরি।

মী পৃম্নমক নুংঙাইবা, ৱাত্তপাদবা মচা মশুনা লুনা চান্না তৌবা ঙাক ওইবা নত্তে। অহল ওইবক্লবা মতমদা যাম্না ৱানা পুনসি লেনবসু কয়া অমনি। বৃন্দাবন মথুরা পুরীনচিংবগী লাইফমশিংদা চাকনিবা চাকনিবী কয়ানা ভিক্ষা নিদুনা হিংলিবসি অমবোমদা ঈশ্বরনা মখোযবু থাক্লিবনি লৌবা য়াই। মানা মানা তৌজবা নহালমপোক্কী কর্ম্মফলনি হায়না পুক্রিং ফাজিনবগী থৌনাসু হিন্দুশাস্ত্রনা পীরি। হন্দকী মপোক্তা অকবা থবক তৌবগা হয়েংমুক্কী মপোক্তা নুংঙাই যাইফবা ওই। নহালমুক্কী মপোক্তা ফত্তবা থবক তৌরক্লপা হন্দক্কী মপোকতা ফত্তবা ফল ফংই হায়না হিন্দুশিংনা থাজনরি। ঐগী গাইদনা পুবীদুনা শ্রীযুৎ মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা সেবা চৎলম্না, হৌজিক্লা ইসকনগী ভক্তশিংনা সেবা ফংলবা রাধা গোবিন্দ দর্শন তৌরে।

জিবহা মন্দিরদা লৈরিবা মুর্ত্তিদুগী মতাংদদি অসুন্না হায় - মূর্ত্তিদু লৈখাদগী লেংথোকপিরকপনি অদুবু বৃটিশশিংনা লাইদুগী মরৈ ককথৎখি। কদায় ফাওবা চুমলিবনো ? পরিক্রমা তৌরকপদা শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদগী থোরক্লগা ওইরোম থংবদা খরদং চৎলগা অঙৌবা মন্দির অমা লৈরিবদু শ্রীজিবহা মন্দিবনি। নুংঙৌগী ফম্পাকতা অঙাংবা নুংপাক অমা লৈরিবদু গিরিরাজগী লৈনি (অধ্যাত্মিক্কী মিৎয়েংনা য়েংগদবা)

লাইরিক্তগী ফংবদি রাধাকুণ্ডগী ঈশিংবু অমোৎ অকায় চামথোকপদা শীজিন্নদনবা হায়দুনা রঘুনাথ দাসনা শ্যামকুণ্ডগী নোংপোকথংবা শরুক্তা গুহা

অমা তৌই। গুহাদু তৌবদা থবক শুরিবশিংনা মফমদুগী লৈবাক নুংগাইলকতগী ঈ থোরকপা থেংনখি। রঘুনাথনা লৈবাক তৌবগী থবক্তু লেপহনখি। মহাক্কী মমঙদা গিরিরাজ গোবর্দ্ধন লাক্কুনা হায়রৈ - ঐগী ইরৈ ককথৎপিরে। ঐহাকপু গুহাদগী লৌখৎলগা লাৎলু হায়বিরম্মী।

মফম অসিদনি জিবহা মন্দির লৈরিবা। মফম অসিদা থম্মোই শেঙনা রাধাকুণ্ডগী ঈশিং খুজোক অমতং কৎচবদা গিরিরাজনা পেনবী হায়।

শ্যাম কুণ্ডদা মচিন মনাও মঙাগী স্নান ঘাট লৈ। মচিন-মনাও মঙাগী মতমদগী হৌরক্লবা মনি পাম্বীনি হায়বা অমা তোর্ব্বান্দা হৌরি। ঈশ্বর নিংবা হায়বসিদি আরগুমেন্ট তৌদনা থাজবা থমদুনা পুন্নমক সরেন্দর তৌগদবনি হায়নরিবনি। অদু য়ৌনা চংশিনবা ঙমদবা খঙনিংগনবা ঐঙোন্দদি মনি পাম্বীনি হায়রিদু উরুবগা ব্রাহং কয়ামরুম চোংথোরকই উ অদুগী মপুন্সিদু কয়াম শাংলবগে ? হৌজিকতি মদু খঙদোক্লবা বিজ্ঞানগী পাম্বে লৈরিবনিকো ....। লাইগী মতাংদা ঐনা তুকা থিবিবসি তৌহৈরিদরা ?

জগৎবন্ধু মন্দির, সিতারাম মন্দির মনাক্তদি য়োং যাম্না লৈহৌই। ললিতা কুঞ্জদুদি ওস্থোক্লা মোংনা লৈহৌরে। মদুদা স্নান তৌরবদি জার্মনা নাহল্লোইদ্রা ? এনভাইরোমমেন্ট পোলুসনগী ব্রা খল্লি। লাইগী মফমনি হায়রগা মচি মচিদা অমাং অশোয়সু ইচাই চাইদুনা লৈবা থেংনৈ।

অষ্ট সখি মন্দিরদদি একাদশী নুমিৎশিংদা নুপীশিংনা কীর্ত্তন শকই হায়। বড়কুঞ্জদুদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শেমগৎলম্বনি। ভজন কুটিরদুদা মহারাজ কুলচন্দ্রনা লৈরমই হায়। বড় কুঞ্জদদি মণিপুর ইতিহাসকা মরী লৈনবা পোৎশক কযামরুম লৈহৌরি। বৃটিশ সরকারগী মাযোক্তা লালহৌবগীনি হায়দুনা মহারাজ কুলচন্দ্রবু দণ্ড ওইনা আন্দামান নিকোবর ইথৎতা জিলা খারিজ তৌরুবনি। মদুদগী থাদোবক্লগা মহাকপু পোক্লফম মণিপুরদদি চঙহনখিদে। রাধাকুণ্ডদা বাস তৌদুনা লৈরগা মফমদুদা লৈখিদবনি। বড়কুঞ্জদা মহারাজ কুলচন্দ্রগী সমাধি মফম লৈরি। লোয়ননা রাজকুমার শিতলজিৎসিংহগী অপোকপগী, রামলাল পালগী, চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মচাইবেম্মা থাদোইসনাগী, থাঙ্গাল মেঞ্জরগী, শৌগাইজাম্বা জেনেরেলগী, পাওনা ব্রজবাসিগী সমাধিগী নীংশিং খুদম লৈ। ঐজ্ঞা ব্রজবিহারী

শর্ম্মাগীদুদি কুইদ্রিবনি, মদুদা ৩।৪।১৯৯৩ হায়না থারি। মণিপুরগী ইতিহাসতা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরিবা শকনাইরবা মীওইশিং অদুগী নীংশিং খুদম লৈরিবা মফমদুদি য়াম্না মোৎলে, মোংশোং ওইরে। ঐঙোন্দা মফমদুবু উহনবিরকপদি মণিপুরগী বেঙ্গলি হায়স্কুলদা হেদ মাষ্টর ওইরম্বা সনখ্যা রাজকুমার সনাহল সিংহনি।

মণিপুরগা রাধাকুণ্ডগা য়াম্না মরী লৈনৈ। মণিপুরদগী মীওই কয়ানা চহী খুদিংগী রাধাকুণ্ডদা চৎনবি। রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ডদা লৈখিদ্রবা অহল লম্মন, মচা মশুগী তর্পন কৎনরি। অদুগীসু মথক্তা ইতিহাসকী ওইবা নীংশিং খুভম কয়া অময়্সু লৈবি। থিজিনগদবদি যাম্না ৱাৎলি। বড়কুঞ্জদা লাৎলিবা দেবতাদি গম্ভীবসিংহ মহারাজনা সেবা চৎলম্বা গিরিরাজ অদুনি।

নিংথৌনা লৈরম্বা শঙ্গায়, চেক্কী দলালদু মচি মচিদা নিংখাইরে। ফকলাং খরদসু ময়ি চৎলে। সনখ্যা সনাহলনা হায়বিরকপদি রাজকুমার দবেন্দ্রনা লু: ৫০,০০০/- থারকতুনা খবদি শেমজিল্লে।

রাধামাধব মন্দিরদুদি য়াম্না ফজে। মাণ্ডব অদু য়াম্না চাওই। মন্দির মাণ্ডপতু মার্ব্বল নুংপাকনা থারি। মন্দিরদা লাৎলিবা লাইদু জয়দেবনা লাৎলম্বনি হায়। মহাক্লা মাগী শিষ্য পুনরিকাদা শীন্নবম্বদগী মথং মথং সেবা চৎতুনা হৌজিকতি বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা সেবা চৎলি। লাই লাৎলিবা সেবাইট অদুনা মৈতৈলোলদা মবোন ইখোই খোইরদুনা ঐঙোন্দা ৱারী অসুম্না লিবকই — মন্দির মাণ্ডব অদু মীশিংনা শেল খাইগৎতুনা লুপা লাখ ১০ চংনা শেমগৎপনি। মদুগী শেল খাইবদা মণিপুবদগী শাঙবোকতগী মী য়াম্না য়াওই হায। মন্দিরদু শঙ্গাবদা মী লিশিংগী মথক্তা তিনখি। মফম কযাদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মশানা মখোয় মণিপুরীনি হায়জবা, ওইদি ওইদবা, বিষ্ণুপ্রিয়া কাংবুনা রাধাকুণ্ডগী অকোইদা ভজনকীর্ত্তন শক্তুনা নুমিৎ কয়ানি উৎসব পাঙথোকখি। হৌজিকসু মীওইশিং অদুনা খায়নদুনা থাদা লুপা ৫০০০/- থারকই। নোংমদা মী ৫০/৬০ না পৈশা কৎতুনা মফমদুদা লাইগী প্রসাদ খুল্লি। ঐনা মফমদুদা চংলুবদা মাণ্ডবকী মচি অমদা ফনেক শেৎপী নুপী ৫/৬ না য়াংকোকতা চেং খৈবদু থেংনরকই। মখোয়দুদি মরোল খোইমন্দুনা ৱারী শাবদা পাউ ইফাও ফাওনবা ঙমলকতে। ৱা হংবদসু ইখুম খুমদে।

তমালতলা হায়বা মফমদুদা লৈরিবা ঘনশ্যাম মন্দিরদুদি খর লাপ্লি। মদু ইংরেজী সাহেবশিংনা শেমগৎলম্বনি হায়। মদুদা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা সেবা চৎলম্বা দেবতাদু লাৎলি।

লাইখুরুম্বা লাকপা ভক্ত যাত্রিকশিংনা রাধাকুণ্ডগী অখড়া অমদা হেক হেক লৈনৈ খঙনা চান্নবশিংনা পুশিনবীরগা। অদু নত্তবদা, লমকোইবা লাকপা টুরিষ্টশিংনা লৈবদা খুদোংচাবা মফম অমদি মনোরঞ্জন বনিক ধর্ম্মশালানি। আসামদগী লাকপা থাউ য়োনবা নুপা অমগী মচানুপানা মপানা থনম্মা লম্থুম অদুনা শেমগৎপনি হায়। ধর্ম্মশালা অদুগী মতিকচাবা ইরুজফম, মনুংচংফম, ঈশিং মাইশিং লৈ। মদুদা ভবগৎ সপ্তাহসু পাঙথোকই।



**গোবর্দ্ধন পরিক্রমা** — তাং ৩।৪।২০০৩ ইংগী অয়ুক্তদি গোবর্দ্ধন পরিক্রমা চৎলি। বৃন্দাবন চৎলবদি মীশিং গোবর্দ্ধন পরিক্রমা তৌবা শোয়দ্রবনি। শাংখ্রবা লম অদু খোঙনা কোয়রিবনি। ভক্ত কনানদি নুমিৎ কয়ানি চংলবসু দণ্ডবৎ পরিক্রমা তৌনরিবনি। ঐখোয়দি মদুগী শক্তি, অখাঙকনবদু লৈবা নত্তে। মতমগী রাফমসু লৈ। ঐখোযবু লমজিং লমতাকপীনবা মফমদুদা লৈবী কলিকাতাদগী লাকপি শিলা দেবীনা লমজিংদুনা ওটো বিকসো অমদা চৎমিন্নরে। লাইরিকতা হায়রিবদি —

গোবর্দ্ধন চীংবু শ্রীকৃষ্ণনা খুদোলনা থাঙ্গৎতুনা যণবী যন্নাওশিংবু অকনবা নোংলৈ নুংশিং তগী কনবীখি। ইন্দ্রবু মাইথিবা পীখি।

ব্রজদা গোবর্দ্ধনদি শ্রীবিষ্ণুমকনি নীংনবিবনি। মহেশ্বর তন্ত্রদদি গোবর্দ্ধনবু অসুম্না থারি — নোংমা নাবদ ঋষিনা ভবানীগী ঙকশমদা লৈতেংলম্না লিকলাং বত্র পরেংদু ফংজখি। ঋষিনা অহাঙবা অতিয়াগী লম্বীদা লাকপদা ব্রজ মণ্ডলগী নীংথিবা ফজবদু উবদা খুত্তগী লিকলাং পরেং তাখিবা খঙতৌদ্রে। বত্র পরেংনা খা অৱাং ওইনা ইশাং শানা পুছবিদগী কুসুম সরোবর ফাওবা চীংগী শরুক ওইনা ক্রোস ৮ শাংবা, ক্রোস ৪ পাকপা, ক্রোস ১৬ ৱাংবা, নুং মচু মখল ৮ গী ওইবা কুঞ্জ, হৈকোল, লৈকোল, উ, উবী, হৈ লৈ, উচেক ৱায়াগা কোন্ননা বিরাজমান

ওইদুনা লৈপ্রে। মফম অসিবু ঋতু ৬ না থৌগল্লি। লৈরাং শাৎলি। খোইমু ঙংলি, কোকিলনা খোঙলি, ব্রাহোংনা জগোয় শারি। গিরিরাজদগী চেম্ব্রকপা চীংগী ঈচেলদা উচেকশিংনা ইরুপ্তুনা শান্নজরি।

গোবর্দ্ধনগী বক্ষস্থলদা গোপালদেবগী কুঞ্জগার লৈ। খাথংবদা থাগী মওং মাননা য়েকপগুল্লবা গোবিন্দ কুণ্ড, সুরভি কুণ্ড, অপসারা কুণ্ড, হরজী কুণ্ড, ঐরাবত কুণ্ড, শক্রকুণ্ড লৈ। চীং অসিগী ব্রাংমদনি রাধাকুণ্ড, শ্যামকুণ্ড, ললিতা কুণ্ডনা লৈরিবসি।

গোবর্দ্ধনগী বক্ষস্থলদা মানসী গঙ্গা লৈ। শ্রী কৃষ্ণগী অনিংবা মতুংইন্না ষনবী ষনাওগী ঈশিং পিথক্রবা শেমখিবা ঈচেলনি। মানসী গঙ্গাগী ঈশিংগী মায়কৈ মরীদা মনিনা থাম্লবা ঘাট মবী লৈ। গঙ্গা অসিগী ঈশিংদা থরো থম্বাল শাৎলি। খোইমুনা ঈল্লি। ঈয়ায়দা পুলিন অহুম লৈ। উরী ব্রারীনা পুলিনদুবু কোয়শিন্দুনা থল্লি। তোর্ব্বান্দা ঙানু কাংঙনা শান্নরি, পুলিনদা কুণ্ড মাণ্ডবনচিংবা লৈ। মদুদা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা সখিশিংগা লোয়ননা মতম মতমগী জলক্রীড়া, নৌকা বিহারনচিংবা শান্নে। স্নান লোয়রগা ফিজেৎ লৈতেংদুনা অথুম অহাওনচিংবা চাদুনা বিশ্রাম তৌই।

কয়াদা ফজখ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী লিলানো ? থায়নগী গোবর্দ্ধনগী মগুনগী ব্রারীদুবু তাজবগা কলিযুগকী মতমসিদা মীশিংনা গোবর্দ্ধন পরিক্রমা তৌজবা, খুরুমজবা পামলোইদগে ?

ঐখোয়না কুসুম সরোবরদগীনা দান ঘাট ফাওবা চৎপদুদা থেংনবকপদি ধর্ম্মগী মিংদা গোবর্দ্ধনগী এনভাইরোনমেন্ট শেমগৎপনি। চীং মচা মচা লৈবিবদু পংব্রাং ব্রাংদে। খুৎশেমগী মতেংনা মফমদু উ মচা, হৈপাল লৈপালনা শংহনবগী থৌরাং খর গোবর্দ্ধনগী অকোইবদুদা লৌখৎপা থেংনৈ। থোয়না হেন্না ফজবা মফমদি ওইদ্রে। ওটো বিকসোদা তোংনা তোংনা শীলানা তাকই – অসিনা ঘাটনি, অসিনা মন্দিরনি। থাপ্না অদুম ভক্তি কচ্চরে। ইন্দ্রদেবনা শ্রীকৃষ্ণদা ষঙ্গোম হৈদুনা পুজা কৎখিবা মফমনি হায়বা গোবিন্দ কুণ্ডদুদদি কুমথরে। লাইনিংবা লাইনিংবী কয়ানা মফমদু চিংন চাইনবা ঙমদে। লক্ষ্মীগী নাকল অনীদা অথুম অহাও, ষঙ্গোম, লৈশু য়োল্লি। মদুগী ষঙ্গোম লৈশু খর লৈগা গিরিরাজনা ঙাম্ব্রোইরিবা মফমদু যৌনা চঙশিল্লে। হেক চংবগা য়াবা নত্তে। ঐগী পালি ঙাইরগা গিরিরাজদা ষঙ্গোম হৈদুনা লৈশু কৎলগা খুরুমজরগা হল্লকই।

মতম তেনবনা বৃন্দাবনদদি গোপেশ্বর মন্দিরদা লাৎলিবা পার্ব্বতী দেবী, লিকলিতনা শেম্বা কাঁচগী মন্দিরদা লাৎলিবা দেবী দেবতা, রঙ্গনাথকী সনাগী যুম্বী, বাঁকে বিহারীগী দর্শনদমক ফংলকই। নুমিৎ অদুমক্তা অথেংবদা অমুক ঐখোয়নীবু ইবুংঙো দুসরীনা পুরীরকই।



খৃ: কুম ২০০৫ গী কুমমৈদা রাধাকুণ্ডদা ঐ অমুক হল্লকখি। মরুপ-মপাং তীর্থ যাত্রিকশিংগা লোয়নদুনা চৎপা খোঙচত্তনি। মী ৩৪ / ৩৫ পুল্লপ বসনা মতেক খরা ত্রেন্না খরা চত্তুনা মফমদুদা যৌরকখিবনি। লংফৈ, লাইখুরুম্বা চৎপদা ময়াম পুন্না চৎমিন্নবগী তোপ-তোপ্পা মনুংঙাই অমা লৈ। ত্রেনগী কম্পার্টমেন্ট অমত্তদা তোংমিন্নদুনা নুমিৎ নিনি চৎমিন্নবদুদা ৱারী-ৱাতাই শামিন্নবা, পোৎচৈ লৈদুনা চামিন্নবা, হরাওমিন্নবা মীকুপ কয়া য়াওখিদবা নত্তে।

লংফৈ চৎপা পামজবা ঐনি। অদুবু হন্দক্তি ঐঙোন্দা ইৱাৎ-ৱাৎপা তয়াং-তশোয়বা অমা অদুম য়াওদুনা লৈরে। মীয়াম মরক্তা লৈদুনসু ইদোম তরক তাবগুম ফাওজে। ইহৈ-হৈনিংবা পোক্তে। ঐহাকসি পিশক পিকশিল্লবগুম খল্লি। মমাংঙৈ ঐনা লংফৈ চৎপদদি অনৌবা অমত্তং হেক থেংনবদা দায়রিদা হেক হেক ইশিনগনবনি। অদুবু হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদদি অদুগুম্বা অমত্তা তৌদ্রে। থোইনা য়েংনিং-খোৎনিংবসু পোক্ত্রে। মপাং শেৎনরবা মী অমগী মচরীৎতু অসুম তৌ মাল্লে।

হৌখিবা চহী ২০০৩ দদি ইপুরোইবগা পুন্না লাকমিন্নখিবনি রাধাকুণ্ডদা। খৃ: কুম ২০০৫ দদি ঐনা রাধাকুণ্ডদা মাগী লৈখিদ্রবা আত্মাদা ঈশিং খুজোক অমত্তংনা তর্পন কৎচনিংদুনা লাকখিবনি।



গৌহাটীদা লৈরিবা বসিষ্ঠ আশ্রমসি হিন্দুগী অশেংবা তীর্থ অমনি। ঐনা গৌহাটী ইউনির্ভসিটিগী মহৈরোই ওইবিগৈদা কামাখ্যা দেবী খুরুমজবদি ফংজখবে। হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদদি বসিষ্ঠ আশ্রম য়ৌহৌসি হায়বদগী মণিপুর বস্তিদা লৈবিবা উশম দুর্গবিহারীদা ঐখোযবু লমজিংবিনবা হায়জরে। তাং ৮।৪।২০০৩ ইং লৈবাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ তাবদা ঐনদি ওজা হায়না কৌজবা দুর্গাবিহারীগা লোয়ননা বসনা বেলটোলা ফাওবা চৎলে।

শ্রীউশম দুর্গবিহারী সিনহা মণিপুরদা তোয়না লাকখ্রে, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অধিবেশনদা শরুক য়াবা। সাহিত্যবু পামজবা মীশর্কনি। সোসিয়েল বার্কবনি। মশাগী চহী ৮০ হেল্লবনি। অদুবু য়াম্না একতিভ ওইবি। মণিপুরগী রাংমদা মণিপুরী কলচরবু ভাকশেল্লিবা মীশক অমনি। মহাক্কা রাবী শান্নদেগী খঙবদি হৌজিক গৌহাটীদা লৈরিবা মণিপুরী রাজবারী, মযাম্না মণিপুর বস্তি হায়না খঙনরিবসি, শ্রীয়ুৎ চুরাচান্দ মহারাজনা শিলংদা হেক হেক লেংলবদা পোথাফম ওইরম্বা মফমনি। বৃটিশনা মফম অসিবু মহারাজকীদমক খাজনা থিদবা লম ওইহনলম্বনি। মহারাজগা লোয়নবকপা মৈতৈমচা খরনা মফম অসিদা খুন্দাদুনা লৈরকপনি। হৌজিক্তি লমসি খুন্দারিবা মীশিংদুদা পট্টা পীদুনা মশা মশাগী ইংখোল ওইখ্রে। মী মশিং যামখৎ লকপনা লমদু পিকশিল্লে। মৈতৈ প্রজা মশিংসু যামখৎলে। মৈতৈ প্রজাশিংনা তৌরীমল খঙবা উৎতুনা রাজবারীগী চঙফমদা শ্রীয়ুৎ চুরাচান্দ মহারাজগী মূর্ত্তি অমা থিল্লে।

মনাকতুদা লমপাক অমা লৈ। মদুদা ক্লবগী শঙলেন অমা লৈরিবদুদা মণিপুরী নাংকী ওইবা থৌরম, ধর্ম্মগী, সমাজগী থৌরম হেক হেক পাংথোকই। খৃ: কুম ২০০৩ দা মফমদুদা পাঙথোকপা ঔগ্রী ফেষ্টিভেলদা ঐহাক শরুক য়াখি। মণিপুরী সংস্কৃতিদা নুপীগী খুদোল হায়বসিদা চে অমা পাখি।

বেলটোলাদা চৎপদুদা আসামদা ফজনা শেমগৎলিবা চাওখৎ থৌরাংগী শক্তম কয়াবু উবা ফংই। আসামগীদি চীংথক্তা য়ুম কৈ, অফিসকী বিলদিং অয়াম্বা শাগৎপা থেংনৈ। অদুগা মণিপুরগীদি পাৎ তুরেল ফুনজিল্লগা, চীং তেমথোকলগা শাবনা অয়াম্বনি। খঙনিংবশিংদু ওজা দুর্গবিহারীদা হং হংদুনা কয়া অমা খঙজিনবগী তাঞ্জা অমসু ফংহৌরে। বেলটোলদা লায়েংবগী লমদা য়াম্না মমিং লৈরবা সঙ্করদেব আই হোসপিতাল, আরমী হোসপিতালসু লৈ। অদুদগী খর চৎলগা বসিষ্ঠ আশ্রম য়ৌরে।

গৌহাটীদগী কিলোমিটর ১২ চৎলগা সন্ধ্যাচল অমসুং ক্ষোমা চীংগী লাংদাইফমদুদা বসিষ্ঠ আশ্রম লৈ। আশ্রম মনুংদা চংশিল্লগা মহাদেব, তারাদেবী, বসিষ্ঠ কুণ্ড দর্শন ফংলে, খুরুমজরে। মহাভারত, রামায়ন, স্কন্দ পুরান, কালিকা পুরানদা বসিষ্ঠ ঋষিগী মরমদা ইরি। মহাভারতকী ৱারীদগী খঙবদি –



*বসিষ্ট আশ্রমগী শিব মন্দির*

বসিষ্ঠ মুনিদি সনাতন ঋষিনি। মিত্রাবরুনগী মচাইবুংঙো অসি অধ্যাত্মিক বিষয়গী মরমদা তাকপি তম্বীবদা য়াম্না চঙখোনবা জ্ঞানী ওইবা মুনিনি। অধ্যাত্মিক জ্ঞানদা মশাগীা সিদ্ধান্ত লৈরবা মীশকনি। স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল লোক অহুমদা কোয়চৎ চৎঙম্বা, বৈদিক জ্ঞান মপুং ফানা লৈরবা মহাসিদ্ধ পুরুষনি, সনাতন ঋষিনি। শান্তনু নিংথৌ অমসুং গঙ্গাদেবী অনীগী মচানুপা দেবব্রত (ভীষ্ম) গী গুরুনি। পিকলিবা মচাবু পুরগা গঙ্গানা বসিষ্ঠ মুনিদা শীন্নদুনা বেদ বেদাঙ্গশুনা তম্বীহনখিবনি।

ধ্যান যোগগী মতেংনা জ্ঞান লৈরবা, মগুন লৈরবা মহাকসি ত্রেতা যুগ সত্যযুগ অনীদা লৈরম্বনি। মহাক্কী মতেংনা ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম্বু হিংচাবগী মখুৎতগী অমুক অৱাবা কোকহনখিবনি। ভগীবথনা গঙ্গাবু পৃথ্বীদা পুথরক্লবা তুংদা বসিষ্ঠ মুনিনা মানস সবোবর ফাওবা পুথরক্লুনা চেলহনখি।

অহল মতম ওইরক্লবদা বসিষ্ঠ মুনিনা কামরুপ (আসাম) তা লাক্লুনা সন্ধ্যাচল চীংগী অচিকপা মফমদা লাইনিংদুনা অরান খুভম ফংনবা ধ্যান, তপস্যা তৌখিবা মফমদুনি হৌজিক্কী বসিষ্ঠ আশ্রম লৈরিবসি। মুনিনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্লগা হকচাং থাদোকখিবা মফমদুনি।

কুইরবগী তুংদা অহোম লৈবাক্তা নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেস্বরনা পানবা মতমদা খৃ: ১৭৬৪ দা আশ্রমসি নৌনা শেমগৎলকপনি। মাগী মনাওনুপা লক্ষ্মীসিংহনসু লাইগী সেবাগীদমক আশ্রমদা ব্রাহ্মন পুজারী থমলমই। মখোয়গীদমক লৈফম চাফমগী শিনবীরমই।

বসিষ্ঠ আশ্রমগী ৱারীসি তাবদা অহোম লৈবাক্কী নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর, মনাওনুপা লক্ষ্মীসিংহগা মণিপুরগী নিংথৌ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগা লৈনবা মরীদু নীংশিংদবা ঙমদে। নিংথৌ স্বর্গদেবনা য়েক্লবনা নিংথৌ খুভম মুনথ্রবা মণিপুরগী নিংথৌ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রবু তেথাউ লৈবাক্তা চংজফম পীদুনা লৈখিবা — তেথাউদা ভাগ্যচন্দ্রনা শামু ফাবা — তুংদা স্বর্গদেবনা লাম্মী মতেং পাংদুনা মণিপুর নিংথৌনা খুভম হনজিনখিবা — তৌবিমল খঙবা উৎতুনা মরুপ শান্নদুনা ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা পোকচবী শিজ ফোংদলোকপী শমজুমনি কুরঙ্গনয়নীবু স্বর্গদেবদা থাজবা — স্বর্গদেবনা লৈখিদ্রবদা মনাওনুপা লক্ষ্মীসিংহনা নিংথৌ ওইবা মতমদা মোরিয়া লালহৌবা য়েক্লবগী মখুত্তগী কুরঙ্গনয়নীনা তেথাউ সিংহাসন কনখিবা — আসামগী

বুরঞ্জিদা লাচন্দুনা লৈখ্রবনি। হন্দকী তীর্থ খোঙচৎ অসিদা বসিষ্ঠ আশ্রম য়ৌরবদা ইতিহাসকী ৱারীদু নৌহৌনা নীংশিংহল্লে। লমকোইবনা নেসনেল ইন্টিগ্রেসন পুরকই হায়বসি কয়াদা চুমখ্রবনো ?

বসিষ্ঠ আশ্রমদা শিব দুর্গা লাৎলি। শিব কুণ্ড, তারাদেবীগী কুণ্ড লৈরিবদুগী মনাক্তা বসিষ্ঠ মুনিনা ধ্যান তৌরমই। মুনিনা ধ্যান তৌবদা ফমলম্বা, মদুমক্তা হকচাং থাদোকখিবা যোগ শিলাদু লৈ।

কুণ্ড অদুদি লৈমায়দগী খর লুথনা লৈ। মদু ফাওবা কুমথনবা শিড়ী লৈ। ইলেকত্রিক থাউমৈ থান্দে, কম্বীদগী মৈ অদুদনি থাল্লিবদি। অদুনা লৈনুংগী কা অদু খর মমই। যাত্রিকশিংনা তপ্না তপ্না কুমথদুনা চেং থোইদিং লৈশু কৎনৈ। ঐসু মদুদা য়াওরগা খুরুমজবা ফংলকই। আশ্রমগী মনাক্তা বসিষ্ঠ গঙ্গা চেল্লি। সন্ধ্যা, ললিতা, কান্তা কৌবা ঈচেল অহুমনা তিন্নদুনা শেম্বা বসিষ্ঠ গঙ্গানি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেস্বরগী শক্তি পুবা ঈচেলনি থাজনৈ। মুনিনা মদুদা স্নান তৌদুনা মসিগী ঈশিং থক্নুনা ধ্যান তৌরগা পুন্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখিবদগী বসিষ্ঠ গঙ্গা কৌবনি। মসি অশেঙবা তীর্থ মফম ওইহৌরে।



*বসিষ্ঠ গঙ্গা*

বসিষ্ঠ গঙ্গাদা স্নান তৌবদা পাপ কোকই হায়দুনা মী কয়ানা মফমদুদা লাকনৈ। গঙ্গাদা, ত্রিবেনী সঙ্গমদা অশিবা মীগী উৎ থাদনবা অদুগুম্না বসিষ্ঠ গঙ্গাদসু থাদনৈ। গঙ্গাস্নান তৌরগা ভজন কীর্ত্তন তৌদুনা পুক্লিংদা শান্তি, অপেনবা ফংনৈ।

আশ্রম অসিগী শেমগৎ শাগৎপা য়েংশিনবগী থবকসি হৌজিক্তি বসিষ্ঠ গঙ্গা সমিতি কৌবা সংস্থান অমনা পাওথোকলি। লাই খুরুমবা লাকপশিংগী খুদোংচানবা মফমদুদা ধর্ম্মশালা অমসু শেমগৎতুনা লৈরে। গৌহাটীদগী বস সার্ভিসসু লৈরে। হিন্দুগী পর্ব্বদিন শিবরাত্রী, অম্বুবাচি, সংক্রান্তিনচিংবদা অথন্নবা প্রোগ্রাম শিল্লি। মদুদা য়াওননবা মী য়াম্না মফম কয়াদগী লাক্লে। ধর্ম্মশালাদা লৈরগা গঙ্গাস্নান তৌদুনা ভজন কীর্ত্তনদা শরুক য়ারগা পুক্নিংগী শান্তি ফংদুনা মযুম মযুমদা হন্নখি।



খৃঃ ২০০৫ তা ইপুরোইবনা নোঙ্গাখ্রবা তুংদা মাগী চিতাগী উৎ পুদুনা ঐ অমুক হন্না গঙ্গাদেবীগী তোর্ব্বানদা য়ৌরকখি। মহাকপু কোনশিনবীদুনা ইংনা চিক্লা পোথাহনবিয়ু হায়জদুনা শীন্নজরমখি মাগী নীংশিং খুদমদু গঙ্গাগী মতম্বাক্তা।



